কোওজবা :— নিমাই পুরকায়স্থ

অহানবা কোংবা :— জানুয়ারী ২৬, ১৯৭৪ ইং

মশীং :— কোপী ১,০০০

 মমল লুপা ৩.৫০

নম্ফম :—

দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস, ককচিং।

ঐহাকপু পোকপিরম্বা

ঐহাক্কী দীক্ষাগুরু

কৃষ্ণ ভক্তিদা লুপ্লিখিবা

স্বর্গীয় রতনসিংহগী

শ্রীচরণদা কৎশিনৈ

ঐহাক্কী "রুক্মিণী হরণ" সি।

# ৱা অমা অহানবদগী

মহাকাব্যবু নাটক্কা চাংদম্নরবদি খণ্ডকাব্যদি এক্না কীগা চাংদম্নবা য়াই। "পুনশিংগী কবিশিংগুম্বা মতাং অমা নত্রগা মত্নগা মরী লৈনবা থোংদোক অমখক্কদা মঙাল উৎলিবা কাব্য অদু খণ্ডকাব্যনি" অসুম্না শীথানৈ। খণ্ডকাব্যদা ছন্দ অমখক্কা শিজিন্নৈ। তেনবা-শাংবা নত্র।। সর্গ মশীংনা কাব্যগী শকক্ম লেপকদবা নত্তে। অসুম্না রস অলঙ্কারনা লৈতেংলদুনা ফজনা উৎলবা পুনশিংগী ৱারী মতেক অমা মতুদা য়াওরিবা পাওশিংগী চাউরাকপা শকক্ম শকলাকপা উৎলবা মদু খণ্ডকাব্যনি হায়নংই।

চাওখৎলকপগ লোয়নবা মীওইবগী থবকসু চিনবা হেন গৎলকই; অহাঙবা মতম য়াম্না ফংনরক্কবদগী মহাকাব্যগী মহুন্দা খণ্ডকাব্যবুনা হেন্না পাম্নরক্রি। অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী লনথৈগেদদি খণ্ডকাব্যসি থরা ৱাংনা উই। অফাওবা কবি কয়াগী মশক নাইরবা কাব্য কয়াসু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙদোক্লরক্রে; তোইগুম্বসুং ঐখোয়না পাম্নিবদি মণিপুরী কবিশিংগী অশেংবা থৌৎশেম নাচোম অদুনি। খণ্ডকাব্য অসি হায়না ইবৈ লৈরমদবদি নত্তে; খুম্নক-ইরক্কা শকক্রম্নিবা অমসুং শকক্রিবা খোংজোম লান, জিলা দরবারনচিংবাময়াম্না খোংজোম পর্ব হায়না খঙনরিবা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লোকগীতকী মওংদা লৈরক্রবা খণ্ডকাব্যগী শকক্ম্নি।

অসুম্না ঐঙোন্দা খণ্ডকাব্য অমা ইনৌংবগী ৱাখল অসি কম্না ফাওরকখি। কাব্য মচা অসি ইজবদি কুইরবনি; ফোঙদোকপা ইঙম ঙমদহুনা লৈজরকপনি। থুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা

অখণ্ড-অহৈ কম্বাদস্ু পাহন্দুনা য়েংহনজগ্রবনি ; মম্বাম্বস্ু হেন্না ফগংনবা পাউত্তাক কম্বা পীবিরকখি। পাউত্তাক পীবিখিবশিংগী মস্পুংদা এলাংবম নীলকান্ত, পুত্রম্বম কুঞ্জো অমস্তুং মোইরাংথেম নিংথেমজাওনা মরু ওইবনি। পঞ্জরিবা ওজাশিংসিগী মফমদা তৌবিমল খড়বা উচ্চরি। অরোয়বদা পনদবা য়াদ্রবা অমনা ঐহাক্কী ওজা কবিবর শ্রীমীনকেতন সিংহনি। ওজাগী চানবিবা অমদি কৃপাতনা কাব্য মচা অসি সভা সমাজ মমাঙদা পুংথোকচবা ঙমজবনি।

কাব্য অমা ইবা হায়বা অসি অরাইবা থবক্তি নত্তে ; অদুবু অঙাংনা মৈ বিদে হায়বগুম্বদনা ইশানা পামজরুবা অদু-মক্তুনা ইশাগী হৈবা-হৈজবা, ইঙিক-ইপা চাব-চাদবা খল্লনা হেক্তা ইজরুবনি। ইরুন্দুনা ফোড়জরক্লবনিনা সভা সমাজদা লাপ্তোকচরি। কাবা মচা অসি ফজদে হায়বসিদি হায়হজনাংদে— মরমদি মসিগী লামায় কম্বাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগীনামামৃতগী থোরকপা রসকী ফজরবা শক্তম ঙাক্তা থম্বা য়াওত্রে। মরম অসিনা ভাবুক ওইরবা শিক্ষিত সমাজনা মচি ওইবা মথৈতা লোথংপীদুনা রস স্বাদন তৌবিনবা নিংশিংজরি।

নিমাই পুত্রম্ব
ককচিং।

# সর্গগী মাওক্রম

# রুক্মিণী হরণ

(০)

## মঙ্গলাচরণ

বীণাপাণি ইমাও
তাকপিয়ুদো নচাদা

"গোলোকতাদি মবুংতো
জগতকীদি হৌরকফম।
অতোনবগী মরূপতো
চতুর্দশিংগী চঞ্জফম॥
শরুম ওয়া শায়োনবা
কুমদম নাইনা কুমগনবা।
অধর্ম্মবু লাকশিনবা
ধর্ম্মবুদি শোগংপা॥
পুণ্য মশক ওইরবা
অমৃততদি য়াইপুবা।
বৃন্দাবনদি থাদবা
বৈকুণ্ঠবু শাগোনবা॥
খণ্ড্‌দবস্সু লৈতবা
উদবস্সু লৈতবা।
হৌখিবস্সু লৈতবা
লাকনিস্সু লৈতবা॥
হৌরকফমস্সু লৈতবা
মুংখিফমস্সু লৈতবা।
শক্তি মুক্তি পুনশিনবা
মায়া লাংবু শন্দোকপা॥
মমিংতদা লৈ'ওবা
মচা-মনাই 'থাপোনবা।
মমিংতবু তাবদা
পাপতি 'পুম্বা কোকথবা॥"

চঙৈজ ইমা ভারতী

নখোঙ থম্বাল-থাতুদা

"দ্বাপুর কৌর' যুগতুদা হরি মানা শায়োনবা।
ধর্ম্ম কনগে থন্দুনা জগত লীলা শাম্নবা॥
পূর্ণবতার মহাক্না রুক্মিণীদি নিংথিবী।
শক্লেন্ লক্ষ্মী শায়োনবী মায়া শকুম লৌথিবা॥
অচুগুম্বী কন্যাবু মতৌ করম পুথিবা।
বীর রসতা লৈহুনা য়েরু-মায়থা' পাখিবা॥"
তোল্লবগী লৈয়েংদা ইমা নঙনা লৈবিয়ু।
মুংশি চাউবী ইমানি নচাই ভক্তি লৌবায়ু॥
নঙগী কৃপা লৈরবা কবি তুলসীদাসনা।
রাম-চরিত শকথিবা শক্লৈ-শোরৈ জগতনা॥
কবীরদাস সুরনা নঙগী য়াথং ফংজখি।
কালিদাস কবিনা নঙগী শকুম উজখি॥
নঙগী থোজাল ফংলবী মরাবাইদি মৌ'হুনা।
কৃষ্ণ মাবু শুমহুনা ফংজখিদো তরাইনা॥

কাঙঙ শাদোং ওইরিবী

তুঙৈজ ইমা নখোঙদা

সমুদ্রগী 'শকওইবা নঙগী থোজাল ঈপাক্নি।
থোজাল ঈরাক অমত্তং ইমানদি পাবিনি॥
মগুণ তা'দা কিরবা নিংথো লখা মাঙদগী।
লক্ষ্মী মাবু কনবিবা ভক্ত বাবা কৃষ্ণগী॥
কৃষ্ণ মাগী লাপাবু ইমাই কৃপা ফংহুনা।
শকচগেদো নচানা অথেল-অক্র থঙদনা॥

---

# ১ রুক্মিণীনা
# পম্মোই কচ্চবা ।

স্বর্গই নন্দন-কাননগুম নিংথিজরি লমদমসে ।
পৃশ্লে থুংশেম-প্রকৃতি বিদর্ভকো' রাজ্যসে ॥
স্বর্গই লৈরাং চারনা পৃথ্বী লৈরা তারেদো ।
অমৃতগী হৈরাংনা চরোং চুম্বা পাল্লেদো ॥
ঋতু মথল তরক্তা শাংপা লৈরাং কয়ানি ।
কৃষ্ণ-কালেন নাইদনা য়ানবা লৈরাং কয়ানি ॥
অমরাপুর লৈকোন্দা পারিজাংনা ভানবগুম ।
ভীষ্মক-রাজবন্দুদা লৈরাং শাংলি অনংগুম ॥
নাগেশ্বর কেতকা লৈহাউ লৈরেন কয়ানি ।
মাধবীদি উরীরৈ লৈনম চেনবা কয়ানি ॥
হৈনৌ থৈবোং য়ুবীগী বনশিংনা নিংথিরি ।
লফু কংগী পাম্বানা ভমথৈ অমা ওইখরি ॥
খোইমু লাব অমোম্বা অহিং-মুংথিল ভুংলরি ।
খোইনাং কোকিল শৈশক্তা রাজ্য'পৃথ্বী নিনথরি ॥
চীংজাও নাপোম মমোম্লোই 'এম্বা পোকপী তুরেলনা ।
ঈপাক ঈরং তমজবা ঈরম ঈথায় পীতুনা ॥
পারি-মমোম শন্দোকচৈ মফম খুদিং চঙতুনা ।
লাইজ'মৃত য়েম্থোকচৈ মাঁপুম খুদিং পেলহনা ॥
চীংয়া তাবা ঈপাক্তা 'থংলেন মাক্ত পাম্মুবা ।
লোইবী চাংজাও কোন্দুনা সতী ধর্ম্ম ভাক্লিবা ॥
মতম লৈবা খিবিক্তা 'থম্মোইমুংদা লাচ্ছরি ।

হুংশি মাগী মশকুম ভথক ভথক য়েংজরি ॥
পাংথ্না কোয়না চেন্নিবা সড়ক নাকল অনাদা।
হুংগী য়ুম্বী য়ুংলিবা চাংমান্নবা পরিংদা ॥
শারেপ ফার' কন্যাবু নিংথৌ কোন্নুং মনুংদা।
সন্থীশিংনা ভাকুন্নি হে'জং লমখই মপাদা ॥
হুংয়ুম্বীদা য়েক্লিবা মপাল শাংপী উরাগা।
পাংপান্দদি হৌরিবা মরা চংপী লৈপালগা ॥
'মত্তা ওইনা উথরি মিংয়েং' তাম্ন' ভমথৈফাও।
শন্দোকথরি ঈপাকসু হায়বা ভমদে কদায়ফাও ॥
চীংগী চীংদোন অতুদা শিব মন্দির লৈরিবা।
ফজ্জে নিংথৌ লহুপকুম মণি মুক্তা থান্নবা ॥
মণি-মন্দির কয়াগী সনায়োম্বা মতোনগা।
য়েন্নিভলকপা উপালগী নাপুতৈবা য়েন্নিঙগা ॥
'মত্তা ওইনা উথরি বসন্তগী মতমদা।
মালেম ফিজোল হোংলকপা অসিগুম্বা মতমদা ॥
ভান্নু-থন্নোং-কাডভগী পূক্লীং হুবা খোঞ্জেনগা।
দেব-মন্দির-কাংশিগী মায়ৈগে নিনবা খোঞ্জেনগা ॥
'মত্তা ওইনা তাথরি মালঙ ঈপোম পীহুনা।
তাংথক নাইনা শনথরি মীপুম থৃদিং তাহন্না ॥
ঈশৈ শকপা কবিনা দরবার-য়ায়দা নিনবগুম।
কোকিল মানা নিনবনি থম্মোই বাণা ইনিলগুম ॥
কবিশিংনা লৈনাংই বিদর্ভ কো' লৈবাক্তা।
ফজবগী ভূংনফম তাঙই 'সুম্বা মালেমদা ॥
ঈরোং য়াম্বা ঈচেলগুম লমথাই য়ান্নি লম্বাসু।
পরেং হৌবা উপালগুম পনথৈ নাইরি য়ুমলেংসু ॥
বাংলবদি চেকপন্না নোংমদোনবু খেৎপনি।

হিমালয়গী চাংশাংগুম কোন্নুং অহু ভাকপনি ॥
চেকপনগীদি মথক্তা থুংলাই পরেং মুংলিদো।
থুংলাই পরেং মনাক্তা লাম্মী সম্বী লেপ্লিদো ॥
'থা 'থাং নোংপোক নোংচুপ্তা মুখোঙ মরি ফাংলিদো।
মুখোঙ মুখোঙ থুদিংদা খো'ঙ চাক' কযা লেপ্লিদো ॥
চেকপনগীদি 'কোয়বদা সম্ [illegible] ।
সমুদ্রগী শঙ্খমলৌ ঈথক [illegible] ।
কুবেরগীদি লনগুপ্পা কোন্নুং থপ্না পৈ'[illegible] ।
থুজু থুংলাই বাস্তনা থুংলাইশঙ্ দা লৈরিদো ॥
মণি মুক্তা থাম্নবা কোন্নুং শঙ্গায় মতোম্দা।
মুমিং লৌশীং খোকথরে কোয়ৌ মিংঙ্গং তাবদা ॥
হিমগিরি চাংদোম্দা কোয়ৌ মশেক' য়েবদা।
লুপা' মহী চেনবগুম ইয়ং লংখে য়েংবদা ॥
কোন্নুং শঙ্গায় মমাঙগী কোন্নুং পুখ্রী তানবনি।
মমি শঙ্গায় অদুগা নিংথিজরি কোন্নুংনা ॥
তানু-কাঙ্ ভ-বাইনুনা থরো থম্বাল মরক্তা।
শামরিদো নীংতম্না ল'র' লাইজ মথক্তা ॥
লৈরোং ম্লেকপা সিড়িশিং মাইগৈ মরিদা লৈরিবা।
মনম মুংশিহন্নিদো মলয়া মুংশিং নামিবা ॥
চোঙা মোইনা তেনবা হৈপাল থুদিং তোংবনি।
থুমু খোইনীং লমথুনু উপাল থুদিং থনবনি ॥
শজি-শঙাই-থরশানা জঙ্গল থম্না লৈবনি।
যণ্বী-যম্নাউ মুমশানা শঙ্গোন থম্না পুখ্[illegible] ।
সোরারেলনা পেশনা কোঙ্গৌ মখোঙ [illegible] লেদো।
সমুদ্র ঈথৌ লাংবনা ঈশ[illegible] ॥
শুবা নোঙ্মা কয়না মহৈ মথেং [illegible] ।

রাত্ত-পাদ' লৈবনা প্রজা 'পুম্বা মুংত্তাইদো ॥
মহৈ-মশিং হৈবনা বিদর্ভবু শোমৈদো।
রাজনীতি খঙবনা লৈবাক নিংথৌ কিনৈদো ॥
লাম্বন' পাংনা কোয়শিনবা য়েক্ল' চঙদ' লৈবাক্তি।
হুরান-চিম্বি লৈতবা শ'ম্তি লৈবা লৈবাক্তি ॥
ধর্ম্ম-কর্ম্ম কায়দবা লৈবাক মচা প্রজানি।
লমচৎ ব্যবহার ফজবা লৈবাক মচা ভাবনি ॥
চঙজরকপা ভাকপিবা কনবি-হৈবা নিংথৌনি।
য়েক্লবু মাঙহনবা শক্তি লৈবা ক্ষেত্রিনি ॥
প্রজা চাম্না য়োকপিবা মপা ওইবা নিংথৌনি।
রাজ-লক্ষ্মীনা চানবিবা মপা ওইবা নিংথৌনি ॥
মচা মুপা মঙাগী 'কনবা ভীষ্মক নিংথৌনি।
ভীষ্মক রাজা বিদর্ভই স্বর্গই ইন্দ্রদেবনি ॥
রুক্মী-রুক্মরথদি রুক্মবাহু-রুক্মকেশ।
রুক্মমালী কুমারনি লুনা য়োকপি মহেশ ॥
মবুং মঙাই মচম্নি নিংথিরবী রুক্মিণী।
লুনা-চাম্না-থম্নবা ভীষ্মক রাজকুমারীনি ॥
'থক্তা অমা শাত্রবী 'খাদা অমা পোমত্রবী।
অয়ুক কোরৌ ওইজবী মুমদাং থাজ ওইজবী ॥
পলেম-পদ্মো থবায় ওই নৌজরিবা কন্যানি।
লৈবাক-কোনুং মণি ওই ভাজরিবী লক্ষ্মীনি ॥

বসন্তগী নোংমনি "বন্দা কোয়বা চৎলুসি।
চীংদা মান্দা চত্তুনা হৈরাং লৈরাং য়েংলুসি ॥"

ভানহুনা রাফম'সি রুক্মিণীদি নিংথিবী।
কোরকইদো মতাংরোই "চন্দ্রকলা মুংশিবী ॥

হে অচাৎবী ইতা-ও কোম্বুং মনুং' ফজবা।
কয়া উরে নিংথিবা চারে কয়া অহাউবা॥
ঈশৈ কয়া তারেদো জগোই কয়া উরেদো।
তানসু কয়া খণ্ড জরে রাগ কয়া হৈরেদো॥
অওনবনা পুনশিনি অওনবা'মুক পাম্লে।
উমং তোরৈ ঈপাক্কী ফজবা'মুক য়েংনীংলে॥
মেনৈ লৈস্না নুংজুম্পান কদাংথদি লৈম্নুংশি।
চৌংগী থম্বাল উথম্বাল লোইবা চৌংগী লৈম্নুংশি।
কৌরে ঐবু ময়াম্না তপথদরে থবায়সে।
হৈংজিন হৈমুন ফারবা হৈরংও পাম্লে ঐহাকসে॥
তানসু মেনসু য়াওদবা ইচম চম্বা জগোইদু।
চেনবা চোংবা নীংতম্না পাম্লে ঐনা মথুবু।
ফজগনি হায়দুনা ফাংজিন-পুনশিন পামজস্লে।
শমহাৎ ফিজেৎ অচিনবা মসি অমুক মিহৌস্লে॥
বন্দা লৈবা বাহোংগুম অমংবা নোং উদ্রনা।
পাম্লে খৈনা ঐহাক্না জগোই শাবা নীংতম্না॥
চার-চন্দন তৈবগী পামজদরে অঙীংবা।
পাম্লে হকথেংনবদো বনগী মুংশিং নামিবা॥
শংবান' অত্যা মথাদা থৌগল লাঙ্গল য়াওদনা।
পাম্লে ঐনা লম্ফাংদা হিপচবদো নীংতম্না॥
শংবান্নবা লম্ফাংগী মোম্ল' নাপী মথক্তা।
তাবা ফংনি ঐহাক্না তপ্না মির' খোঙেন্দা॥
তাম্না তাম্না খোংলকপা চৌংমুং তাম্নাই ঈশৈসু।
হেক্লা নিংবা হা'রগী কোকিল-কুহু-খোল্লেকসু॥
উনাগীদি খাংপোকশা লৈজনীংই ঐহাক্তি।
লৈনম চুম মুংশিংফং পোখাগনি তহাক্তি॥

হায়রু ইতা চাম্নবী নঙনা করি নীংদিবা।
ঐগী লোইনা হায়রেদো নঙগী অপায' হায়রোবা ।।"
চন্দ্রকলা নিংথিবী চিংগোই মপাউ অম্নে।
"ম্নাইবেম্মা দুংশিবী য়াম্না কনি থম্নরে ।।
ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্নে।
হিংলিবঙগী মতমসে ফুংঙাইখোকপা কৈদৌদে ।।
অসি য়াদি হায়রুনা চন্দ্রকলা হৈশিংবা।
নিংথৌ য়াথং থুনলো থোরাঙ লোইখে, লৌশিংবী ।।
মতা মৃগনয়নী চন্দ্রমুখী পিকবৈণী।
চম্পকবর্ণী তাকথরে হৌখে, গজগামিনী ।।
পাংখে, বনগী মায়ৈগেদা তম্না তম্না নিংথিবী।
থুংখে, বন্দা সখীশিং নীংবা থুংখে, শকহেনবী ।।
খাংপোক শেম্নে উনাগী নৈকম শেম্নে ঙমক।
চান-থরু' থিনরে হরাওনরে পূর্ণমক ।।
কনাগুম্বা সখীনা উশৈ শকই দুংশিনা।
কনাগুম্বা সখীনা পুংবু য়ৈরি তানচানা ।।
কনাগুম্বা সখীনা জগোই শারি শীংতম্না।
কনাগুম্বা সখীনা বাঁশী খোংই নিংথিনা ।।
কনাগুম্বা সখীনা নিংথৌ শারি চীংলেম্না।
কনাগুম্বা সখীনা সেনাপতি, পোঙলম্না ।।
কনাগুম্বা সখীনা ঈরোইদুনা শাম্নরি।
কনাগুম্বা সখীনা উরী নোম্না শাম্নরি ।।
নাকল অমরোমদনা চন্দ্রকলা রুক্মিণী।
থৃজি-নাশি ম্নাফিগে লোইনমকপু থম্বনি ।।
জঙ্গলগীদি উনানা খ্বাংজেং থাখুম ওইরেদো।
স্বর্ণলতা উরীনা থৃজি ওইনা শিরেদো ।।

বকুল পরেং লোংহনা — শুকশমদবু হকচিরে।
জাতি-কুম্নী থিহনা — শমজিরৈবু শেমথরে॥
মতমন্থদা ফজবা — রুক্মিণীগী শক্তমদি।
তিলোত্তমা হেখনি — মাগী চাংদম হায়র’দি॥
মালিনীগী তোর্ব্বাম্বা — কপ্লনবু য়োকখিদা।
শকুন্তলা পাংথক্লি — মেনকানা পোক’খনা॥
মায়থোং থাজ থানিম্নি — রু…নদি শকাহেনবা।
বারক’ শুমত্রে ফিজেংনা — নাংত্রু থবাক যহ্ন’॥
মাহোং’ জগোই নোয়বশুম — অমংবা নোং উবদা।
কাইদ কাইদ নোয়মক্লে — বনগী ফজ’ উবদা॥
থাংজেং থাথূম অপূম্বা — হিকথত্নুনা নাম্বরে।
লৈচিল কুপ্ত’ থাজশুম — বনগী ’য়ায়দা তানক্লে॥
ফিভম অহু উবদা — চন্দ্রকলা নোক্লকই।
মিংচিনদি ষেংহনা — চিংগোই মপাউ নেমকই॥
“চাংদা শাংপা ইঙেনৈ — চিন্নদনা কেনখিবা।
কল্লক্লেদো ঐহাক্তি — বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বা॥
মাগী হৈজ’ উত্তুনা — রুক্মিণীবু শেম্লেদো।
চিনবিনদা লৈতনা — লৈনম চন’দো পাম্ম্ইদো॥
নোংগা লোয়নৈ নোংথাত্তনা — থাজ লোয়নৈ থাবলনা।
বিধি মাম্নু থত্তমন্দে — মদন মাম্নু লৈরিনা॥”
“ঐগীদমক বাবি’গু — চন্দ্রকলা চৌম্বিবী।
নত্তনা পঙথন থম্নগা — ঐস্নু থন’নি থম্নিবী॥”
“হোইয়ে হোইয়ে লানজরে — ঐনা পঙথন থম্লুরে।
ঐনা মীগী বাবিবা — মানা ঐগী থনবিম্রে॥”
নারদগী মচীন্দই লোইনা থত্তবা মহাত্মা।
পুন্নমকসি উবেদো থৌদ’ও শানখে থীম্দনা॥

লীলা তৌগে খ'ল্লিবা ভগবান্দি কৃষ্ণনা।
"শক্তি ওল্লু" তাকখ্রে যোগমায়া কৌহ্না ॥
অজন্তাগী বন্দুদা শক্তি অচু তফ্না।
চেনশিল্লকই খাংপোকহৌম তথক তথক য়েংহ্না।
"কদোমদগী লৈজনমনো খোয়থুম্বনা সুংশিদা।
চন্দ্রকলা অচানবী কদোমদইনো য়েংঙুদা।"
য়েথেকলকখিবদদি উরাক্লদো হাক্চা'।
তফিং তফিং চেংকপা সনা মচুই শক্তচা॥
চন্দ্রকলা থুনলকই "মাইরেম্বা মনমসি।
কস্তুরাগী ওইবতাই কস্তুরী পুই শক্তাস"
"শাদাম্বদি কনানা তাংলকপানো খঙসি।
চন্দ্রকলা সুংশিদা শক্তি অসি ফারসি॥
য়াম্না কিনা উরেদো নিংথিজনা কনবিসি।
চঙজরকপা কনবিবা ক্ষেত্র ধর্ম্ম তাক্লসি।"
"য়াম্না ফনি" হায়ত্তুনা শক্তি অচু ফাজিরে।
উরা থর লৌহনা চেন্দনবা পুনশিল্লে।
রুক্মিণীনা মখা তাই, "কস্তুরগী নংঙুদো।
নক্লি' মনম অসিদি লৈহাউগীসু নঙুদো॥
খোয়থুম্বনা পূক্ষং রুক্মিণীবু সুম্বাংপা।
'শেংদা থম্বাল লৈরিক্তা লৈনমবুসু ঙমজবা।
স্বর্গই লৈরাং লৈনমগুম অমুক্তসু ফাম্রিবা।
কৌফম খঙদে লৈনমসে স্বজাই পূরাং হুরিবা॥"
লৈনম লাকপা মায়কৈগদা স্বজাই মিংয়েং থমখ্রে।
তাইবং শুম্বা শক্তমদো বনগী 'য়ায়দা উরক্লে॥
তফিং তফিং তাম্লকপা শাদানবগী শঙংদা।
সুজা উ'দা সুংবংনৈ মিংচানৈদো মিংয়েংদা॥

থাগৎলকই পুক্নাংদা "ওয়ে ঐবু শকসিনা।
তুরে ঐগী থম্মোইবু শকথঙদবা' মিংয়েংনা॥
শকফম কুচু উরগা নিংথৌকোনগী মাপিদো।
থিজেৎ উকু য়েংলগা বন্দা লৈবা হায়রিদো।"
থুংশেম লৈতে য়াওদনা নিংথিজরি তুজনা।
শরুক থর তাংজরি মাংঈশাংগী ফিজেৎনা॥
মপুঙ ফার' থানিনবু পার' লৈ'চন' কুন্দওন।
থেল্ল' লাইজা ঈকাদা মুখা চে'ইনা হাদওন॥
সুংমদাংবাইগী কান্দুদা লোপোক থংবা অত্যাদা।
পুৎলিংগী থাজনা থেইরুম লোমোন লোকপদা॥
মঙাল থিবা ওমদওন উরী হংবী উনানা।
ওানথোরক্লি ফিজেৎকাও' রুক্মিণীগী থাবলনা॥
কিংথোরক্লি মঙাম্মা হকচাং কায়াৎ হুকিংদা।
ঈথক হৌরি থাইননী জগোই খোঙচেল হুৎনা॥
শক্তি লৈত্রে উনাশিং থম্মোই মথিং চংলেদো।
বিদায় তৌরে উকুশিং থাঙমদনা য়াম্লেদো॥
মাধবীদি লতানা সুরজং কোনবা ওনথওন।
বনগী উরী ওনৌবী নাংথরেদো তংপওন॥
ওানথোরকপা লক্মীগুম সমুদ্রগী মরুংদই।
ফাওদোরকই মঙান্দো রুক্মিণীগা থাজদই॥
কৈলাস চোংদোন লংবগুন পার্বতীকো' মপিনা।
কৃষ্ণবন্ধু ওানথরে রুক্মিণীকো' থানিম্মা॥
মাথু' মণি ফংলবা মতুপুরা লিলগুম্মা।
মঞু লুকখু রুক্মিণী পুক্নীং তয়াং তশোইনা॥
অনৌ' নোংবু ওমজবা শংবাম্বা কুহুদা।
মোমোন নোকপা মিনোম্মা মাগী মীনোক ওইবদা॥

ফজ' পুম্বই তৃংনফম ফজরম্বা মঙোন্দা।
লৈনম পুম্বই তৃ'নফম লৈনম্বা মঙোন্দা॥
মুংশিবগী হৌরকফম মুংশিরবা মঙোন্দা।
থম্মোই কৎত্রে রুক্মিণী থম্মোই মপু মঙোন্দা॥
শেমজিনহৌত্র' ফিজেৎকী চিন্তা অমুক তৌদে্দো।
য়েংনীং মখৈ য়েংসনু লৈজ' লোইনা কৎথে্দো॥
মাগী শিকার ফংলবা তাইবং শজি শাদানবা।
অমুক ফিংবা তৌদরে চঙশিল্লকই পাউহংবা॥
"হায়য়ু মুজা নিংথিবী ফিজেৎ মপাল তাংদবী।
ঐগী শিকার পীরোদো ঐগী শজি ফারিবী॥"
চন্দ্রকলা থুম্লকই "শকখঙবিগে নীংবিবা।
থেংনবিরো হৌজিক্তি লৈনম চেনবা শাদানবা॥
মখোও থেংনা লাক্লেদো মদন ঙম্বা শক্তমনি।
অউ' থূদিং ওম্মাৎপা মুজাই পুক্লীং হূবনি॥"
"চন্দ্রকলা অচানবী নঙগা অদুম ঙাঙনৌদো।
ঐনা করি হায়গনি নঙনা ফন' শিল্লুদো॥"
"মহাশয়-ও শাদানবা নঙগী নশক তাকথোদো।
শজি' রাদি কোল্লসি পরিচয়দি পীখোদো॥"
"শজি' রাদি কোল্লোইদো ঐগী শিকার ঐগীনি।
পীদবদি য়ারোইদো রাখল মুম্মা তৌবিনি॥"
চন্দ্রকলা শাউরকই "শজি তানবা শাদানবা।
নশক-রাঙাও অনীসে কয়া চুনদরিবা॥
চঙজরকপা ঙাকপীবা তাইবং মীগী ধর্ম্মনি।
ঐখোয় ক্ষেত্রি মচানি ঐখোই ধর্ম্ম ঙাক্তনি।"
শাদানবনা থুম্লকই "তৌম্মু তৌনু শকহেনবী।
শজি অহু পীরক্লো মরৈ তৌনু নিংথিবী॥"

চন্দ্রকলা মখা তাই
তোপ্পা রাখল খনবি'নু
বিদর্ভগী নিংথৌগী
মাগী পাওখুম ফংলগা
রুক্মিণীনা হায়রকই
নশক নতৌ য়েংবদা
অশেংবদি তাকপিষু
কনগে হায়না খল্লুরে
'পাম্বা অমা খল্লগা
ঐনা শুমদো' য়েংলগা
নত্রবদি খুৎলাইলো
শক্তি অসি কনগনি
"নারায়ণও নারায়ণ"
শামু ময়া খুরুমতোং
"মুনিদেব কৈদগী ?
ঐনা তানবা শক্তিবু
ভীষ্মকাদি কুমারা
ঐনা তাল্লক' শক্তিবু
চঙজরকপা ঙাকপীবা
পীযু হায়বা য়াদরে
মহুৎ লৌ'স্ত্র য়াত্র'দি
থব্বায় থার' মকফাওস্ত্র
মোমোন মোমোন নোক্তুনা
"প্রভু নঙগী নতৌসে
শায়োন শায়োন খুদিংদা
করি ধর্ম্ম কৌবগে

"বন্দা লৈবই রাখন্দা।
ঙসি লাক্লি বনসিদা ॥
মচানুপী রুক্মিণী।
রাখল মুন্না তৌবিনি ॥"
"মহাশয়ও শকহেনবা।
মান্দে মীওই অচম্বা ॥
শক্লোৎপিবা কান্নরোই।
শক্তি সিদি পীররোই ॥
মহুৎ অমা নিবিয়ু।
শক্তি নত্ত' হায়বিয়ু ॥
থব্বায়মক্কা শিন্ননা।
খনজগন্নু তরাইনা ॥"
নারদ মুনি ফাওরকই।
খুত্তা বাণা পায়রকই ॥
বিচার অমা তৌরমখো।
ফংন' উপাই হায়রমখো ॥
রুক্মিণীবু কৌবীনা।
খমজিনখরে ফাদুনা ॥
ধর্ম্ম ঙাক্লি' হায়রক্লে।
মহুৎ লৌরো হায়রক্লে ॥
খুৎলাই পায়য়ু লানশীংলে।
শক্তি কন্নি মশীংলে ॥
নারদনা খুন্নকই।
ননাই ঐদি শাউনীংই ॥
নৃপী অঙাং মনৈবা।
ধর্ম্ম কন্নি মহায়বা ॥

নরসিংহ শায়োনদা প্রহ্লাদ ৱাহনবা।
ৱামাবতার ত্রেতাদা সতী সীতা ওংপিবা ॥
কৃষ্ণাবতার 'সিদস্মু ৱাধা গোপী ৱাহল্লে।
মফম খুদিং চত্তুনা অশোন' থীর' ওংনৈরে ॥
'চঙজরকপা ভাকপিবা' প্রভুই বেদ ৱাঙাওনি।
ধর্ম্ম পুম্নই মরুস্ম ৱাঙাওসিনা ওইবনি ॥
ননাই করি হঙ্গৎনি প্রভুই অপাম' তৌবিয়ু।
খূৰ্জী-পায়বা থৌবুনি অৱানবস্মু চুমহল্লু ॥"
নারদগীদি ৱাঙাওভা চন্দ্রকলা রুক্মিণী।
প্রভু চরণথাদুদা খুরুমজরকখিবনি ॥
"হে প্রভুও কেশব নিংথৌশিংগী নিংথৌও।
হে থৌজালগী তুংনফম দ্বারকানাথ কৃষ্ণও ॥
খঙদত্তুনা লঙজখে পুম্নমকসি নপোৎনি।
পুবিখরো পুম্নমক ভাকপিগনি চানবি'নি ॥"
মোমোন নোঙ্গা কৃষ্ণনা থম্মোই হূখে রুক্মিণী।
মমাংঙৈগী প্রেমদুস্ম ফাওরক্লেদো রুক্মিণী ॥
কৃষ্ণ মথা তারকই "ৱাজকুমারী সুংশিবী।
নঙগী ৱাঙাও তাবদা ঐখোয় পেল্লে নিংথিবী ॥
নঙগী ধর্ম্ম লিংজেলস্মু ঐখোয় লোইনা উৱেদো।
তপথহৈবা ব্যবহারস্মু ঐখোয় মুম্না খঙলেদো ॥
নঙগুম চম্নু পোকপনা নোংমা শোয়ৱোই ভারতসে।
মালেমসিদা লংলনি ধন্যনিকো লমদমসে ॥
লৈবাক্কীদি ৱাবদা নতেং ইতেং পীনসি।
অৱা-মুংঙাই খূদিংদা সুংশি পাউজেল থানসি ॥"
য়াইফ পাউজেল পীরগা হনখে কৃষ্ণ নারদ।
থম্মোই য়াওদ লেহৌই রুক্মিণীনা বন্দুদা ॥

মদন কামবু শুম্নাৎপা মদনমোহন শক্তমনি।
অনৌ' নোংবু ভমজবা শ্যামসুন্দর মহাক্তি ॥
চোকথরবা খোম্থাংদা রুক্মিণীনা হায়রকই।
"চন্দ্রকলা অপঙবী করি তৌ'না লৈহৌই ॥
ঙহাক্তসু ফাদনা মখোঙ খোংনা চাক্রম'বু।
থম্মোই য়াওদ্রে ঐহাক্তি হূখে পুখে থম্মোইদু ॥
শক্তি তানবা নত্তেদো ঐগী থম্মোই হূনবা।
শাদান' শানা লাকপনি তাইবং শক্তি শাদানবা ॥
সুংশি মাগী মফমদা ঐগী থম্মোই কৎথরে।
ইনীং তমদ্রে ঐহাকসে অতোপ্পগী ওইখরে ॥
করম্নদি কাউগনি 'নৌবা নোংগী কুচুনি।
লৈমন চনবা লৈত্রবা গুঞ্জমালা ওক্তনি ॥
পাম্বোম মরি পাল্লিবা খাঙদা সনা ফিগেনি।
থবাক তুরৈ হঙ্গৎপা ভৃগুই খুদম থম্বনি ॥
হায়দুু ইতা অচানবা মতৌ করম খাঙসিগে।
থরায় য়াওদ্র' চেক্লানা মতৌ করম হিংবগে ॥"
চন্দ্রকলা খুম্নকই "স্নাইবেম্মা ব্রাবিনু।
ঐন ফন' শীনগনি কৃষ্ণ ফংলোই নীংবিনু ॥
কোরৌ নুমিৎ চায়রক্লে শঙ্গায় য়ৌন' তৌরসি।
মতম চাবা লাকখিনি ঙসিতদা হা'নুসি ॥"
"চন্দ্রকলা, ঐহাক্তি বনসিদগী হন্নীংদ্রে।
কোরৌ লৈত্র' অত্যাগুম থম্মোই অসি মমথরে ॥"
শোঙ্গৈ 'হুঙাই কাম্নদ্রে ময়াম কোনুং তম্নক্লে।
রুক্মিণীগী থরায়দি দ্বারকা ঈথৎ য়ৌথরে ॥

# ২ লৈকোন্দা রুক্মিণী

| | |
|---|---|
| নোংমই অয়ুক ঙন্তানি | লৈচিল নোংফাই থাংত্রবা। |
| উষা রানী নিংথিবা | মঙাল তঙাং' ফাওরকপা॥ |
| নোংপোক থংবা অত্যাদা | সিনদুর থুবাম চাইরক্লে। |
| লৈচিল খেৎপা উপালশিং | সিনদুর তৈবা য়াওরক্লে॥ |
| য়াহৌ ঙন্না চেক্লাশিং | য়াকায়রোলবু শক্লে। |
| লৈরাং লৈকা য়াহিপ্পা | খোইমুশিংসু য়াকায়রে॥ |
| কুণ্ডিনপুর ময়ায়দা | থেক্লা খোয়না চেপ্লবী। |
| কাল মৃতুগী মতৌগুম | মুশুক মুনা তুম্লম্বা॥ |
| বিদর্ভাদি নিংথিবী | মিকপ থোক্লে তফিংনা। |
| তোয়না ফিজেৎ হোংজবী | ফিজোল থিরে মা-তুনা॥ |
| অমু' ফিজোল থাখরে | সনা মচু পায়খরে। |
| ঈথক মচা খোমতুনা | চেকশিন্নদি শেংখরে॥ |
| উষা রানী লাইরেম্বী' | লুরুক্লবু ওকখরে। |
| লাইশোনবুদি তপুক্লা | মুরুম মুরুম শোনখরে॥ |
| তোর্ব্বান হৌবী শিঙ্গারৈ | লৈরাং খুজোক কত্তুনা। |
| ধর্ম্ম লৈবী লৈমগুম | পূজা হৌরে খোয়জঙনা॥ |
| তোমাল কদম পাম্বীসু | অহিং চুপ্পা কপ্লুবা। |
| মপি কংত্রি হৌজিকফাও | উষা মাবু ঙাইজবা॥ |
| মমা কায়ন' মচানা | পিরোয়ননা নোকপগুম। |
| মোমোন নোক্লে মহৌশা | উষা মমা ফংবগুম। |
| কোকিল ঈশৈ তারক্লে | চরোই তেতু পাংলক্লে। |
| কাকী লাম্বাউ শিনখরে | চোঙা-খুমু খোংলক্লে। |

চারোন হৈবা নামিবা | লিরি খোঙদোই হুন্নরে।
লৈচন্দদি য়েল্লরে | বসন্তরাস হৌখরে॥
কোরৌ মাবু উরগা | থম্বাল লৈনম য়াকায়'শুম।
লৈরাং লৈকা ফল্লগা | মালঙ' লৈনম হুবগুম॥
কোন্নুং পুথ্রী মপান্দা | কোযনা চেনবা শজিনা।
ঙুংশি' মনম শন্দোকলি | মায়গৈ 'পুম্বা শিম্মুংনা॥
অম্মুবৈগী মতমদা | রুক্মিণী শকহেনবী।
চন্দ্রকলা মতারোই | মানা লুনা তৌজবী॥
মনাই 'চানবী লোয়ননা | রাজবন মায়গৈ পাংলকই।
নুঙৌ থাবা লম্বীদা | সনা খোঙনেৎনরকই॥
শামু খোঙথাং ঙমজনা | চৌঙনা লেম্মা লেঙঙকই।
মথং মথং লাকপনা | লৈকোল ময়াথ য়ৌরকই॥
লৈরোং লোনবা ফরাংজি | শন্দোকুনা থা'শুম্মা।
শংলৈনবা লৈকোন্দা | লৈতেং ওইরি অনীনা॥
শংবানবা অত্যাদা | শরৎকীদি পূর্ণিমা।
থাজ অনী থোকপগুম | ইঙান ঙানখে বনলৈমা॥
জাতি-কুপ্পী কুন্দোনা | থৱানমিচাক পাংখল্লি।
কুঞ্জ কুঞ্জ লৈপালনা | থৱানমিচাক কাঙলুপ্পি॥
নুংঙৌ পরেং লম্বীনা | নিংথৌ তুরেল শকল্লি।
ঈশিং পেরে ঈরীনা | শঙ্গায়শেনগুম উবনি॥
লাইনীং চেৎপী রুক্মিণী | ধ্রুবতারা মশল্লি।
হায়বা ইনবী মতানা | থবা মাগী মতৌনি॥
অয়ুক্কীদি মতমদা | রাজবন কোয়বা পামজবী।
থবাক তুংয়ান ফজবী | রুক্মিণীদি নিংথিবী॥
কাইদ কাইদ লাকপনা | লৈগী কুঞ্জ য়ৌরল্লে।
খোইমু লাবা থ্বাঙজেংবা | লৈরাং লৈহী চুপ্পল্লে॥

মতৌ অহু উবদা    শাউনীংবা'মা পোকখরে।
খেইমু মাবু তাম্বেক্লা    তাথা' য়াহৈ' চৈখরে॥
"মপু তাক্ত য'হন্না    মচম যৌদ লৈচুম:।
লমু হেনবা খেইমু-ও    পীন দ'উ অহেন্না॥"
মচৈ অন্থ তাবদা    মফম ইথন্ত খঙবনা।
নোংগী কঙ্গুপ থুংলরে    অহাা কুপাখ্ খোম্জনা॥
হাহো' লাব অমোয়া    জগোই নেংয়ারে হবাওনা।
জগোই তান্না পীবক্ত    নোংথাং লৈমা মহাক্ত॥
সনা ফিগে খোয়বা    নোংগী কুচু ঙমজবা।
মবুংতোবু নীংশিংলে    পোকলে তম্না মিহৌবা॥
বাহেং-অমোম অমবু    চৈ পান্নহুনা তানখরে।
মতম চাদে হায়হুনা    কোকিল মাস্ত তানখরে॥
নোংনা খোংবা তাবদা    খাম্র মোইবুং মখোম্ন।
সমুদ্রগী মপান্দা    রথী ময়াম কৌবনি॥
ঙহাক রাখল খল্লগা    হায়রকইদো রুক্মিণী।
"চন্দ্রকলা অচানবী    লেপ্নাইদবা ঈচেলনি॥
রাজ-বন্দা চেল্লি'সে    মাগী ময়ায় মক্তদা।
ঈথৎ অমা লৈরেদো    দ্বার্কা মাল্লি উবদা॥
ঙসিদগী হৌদুনা    দ্বার্কানিবু নীংলসি।
কোন্নুং মচা শেমহুনা    ফজনবু লৈতেংসি॥
মুতি-মুমিৎ খুদিংগী    অয়ুক অয়ুক লাকসিদো।
কৃষ্ণ মাগী মুর্ত্তিদো    অমা শার' থমসিদো॥
সূর্য্য পূজা তৌসিদো    মুতিগীদি ঈথৎতা।
হৈরাং লৈরাং কত্নুনা    কৃষ্ণ লাক্ল' নীংসিদা॥
মগুণ-মিংচৎ-মথৌনা    তোয়না তোয়না তাখিদো
মশক শক্লেন মুংশিবা    উনীং উঙমখিদেদো॥

তাংতদা কংথ্রবা
মশক উরক্লৈদহৈদি
শংদানববু শাহনা
মুঙ্গা থম্মোই হুবগা
তৃম্বা হিম্না-চাবদা
য়েংখি য়েংখি' মায়গৈদা
ঐহাকুম্না মহাকম্বু
মিংকুপমুক্তা ওইর'মু
মিংয়েংহুগী হায়র'দি
খোরাংলবা মিংয়েংহু
অদু নম্র' করিগী
ওইগী মিংলি চিংখিবা
ঐভোন্দবু ফাওরকপা
ঙসি ফাওবা অসিদা
হায়বা ঙমদ্রে ঐহাক্তি
হকচাং অসি পথরে
অসি রাদি হায়তুনা
নৃপাকথক্কী শয্যাদা
মাগী মতো উবদা
চিংগোই পাউমেঙ্গরকই
"স্নাইবেম্মা পোকপগী
পাঞ্জিগীদি রারোলম্ম
'মীথোই মীহেন মীশক্তা
থুরুমনীংঙাই ওইগনি
স্নাইবেম্মা রাবি'মু
ঈশিং মাগী হৌনবী

রুক্মিণীগী থগোইর্ন ।
কর্র করম হায়র্কন ॥
থংল্লোই তানবা লংকপনি ।
মাগী শিকার ফর্দন ॥
কাউগেনক্তা ঙমদ্রেদো ।
মংগী শক্তা উবেদো ।
থর্মগত্না ঐহাকপু !
নাংশিংলিম্না ঐহাকপু !!
থাক্তনবা ঙমদেদো ।
তৌশিনবা মাঙ্গেদো ॥
অফ থৃদম পীখিবা ?
ওইগী থাবোম চোংখিবা ??
থৃদম 'পুম্বা চুমগল্লি ।
হায়খি ঙাক্তা চুমলক্লে ॥
নোংদম' করম শীল্লিবা ।
মুংশি মৈনা চাক্লিবা ॥"
রুক্মিণীদি কৌবীনা ।
লৈখরেদো হিগ্রুনা ॥
মিপাইরবী 'কলানা ।
পৃথ্রীং থৌগৎ-রাহৈনা ।
রারী অদু তাজেদো ।
ঐহাক শেংনা থঙজেদো ॥
লুহোংগনি শোয়দনা ।
মহারানী তশেংনা ॥'
অকৃৎপদা চেনশিনবা ।
নিয়ম কায়দে তশেংবা ॥

মুংশিবগী তুংনফম মুংশিজবা মতোন্দা।
চেনশিনখ্‌বা থম্মোইসে অমুক হন্দোক' য়াত্রেদা॥
শেং'দই শেংল' গঙ্গানা হিমালয়দই হৌরকই।
মপাল নাইত্র' সমুত্র মাগী তুংফম্‌ ওইজকই॥
ইবেম্মানা গঙ্গানি ইবুংঙোনা সমুদ্র।
শেংল' মুংশি ঈচেলদো শোয়রোই য়োনি সমুদ্র॥
কোঙ্গেংগীদি মগুংদা মুকা লোম্না লৈবনি।
মুক্তানা মী থিরুদে মনা মুক্তা থিবনি॥
মুক্তা লৈফম খঙখ্‌বা মীতু ঙাওই তশেংনা।
মুক্তা লৌবা লাকনি শোয়রোই মহাক থম্বনা॥'
রুক্মিণীনা খুমকই "ইতা সেনু অচানবী।
মরম লৈত' থাগৎলে ঐবু নঙনা অচানবী॥
মণি-মুক্তা নত্তেদো মুক্তা ঐদি মুংশিবী।
তুরেল মপাল নুংজেংনি উ'দা তঙৌ তঙৌবা॥
মুক্তা থিবা মাশকা মুক্তাতমক থিথিনি।
নুংজেং উরোই তোর্কানগী ঈরেল অক' লুপখিনি॥
গৌরী ইমা মুংশিবী মূর্তি শার' লাৎসিদো।
পীনহৈবা ইমানি মাগী থৌজাল নিসিদো॥"
বাফম অসি লেপ্পরে ঈরুজরে শেংদোক্রে।
মূর্তিতসু লিংথংলে হৈরাং-লৈরাং কৎলক্রে।
দেবী মাঙদা কুন্দুনা রুক্মিণীদি নিংথিবী।
লৈশি-লৈথোনজথরে কুমারীনি ফজবী॥
"গৌরা ইমা মুংশিবা থৌজানবিয়ু নচাবু।
ইপুরোইবা ওইনবু ফংজগেনে কৃষ্ণবু॥
কনাদবু লৌরুনি থম্মোই য়াওদ' বারীসে।
ইমা নঙনা মুংশিয়ু রুক্মিণীগী মৈচাকসে॥"

সুমিৎ পূজা তৌনবা থোরকপা নিংথৌ ভীষ্মকা।
পৌদৌ অসি উরেদো ৱারোল খদংদা লাপতনা।।
"থাজ য়োনজ' য়া'রবা ইচা'গুপী কন্যানি।
কুইনা থম্বা চুমদরে মীগী নীনোক চচ'নি।।
কন্যাদা'নবু তৌদ্রা'দ থম্ম মহৈ লৈতদো।
লাইনীং লাইশোল কয়ানা মচুং শিনবা ভুমদেদো॥
মঙাক চাবা ববু মপা ঐনা 'পগানি।
মানা পাম্বা ম'শঙ্কা পুনশি লৈপুন থইগ'দ্র।"
ৱাকম অসি থন্দুনা মপা নিংথৌ হনখরে।
মাগী সভা কোঙনা খঙ্গ'ন লেপখরে॥
লৈকোয়্যংদা কমদোর পূজা লে ইরে অনা'দো।
পূক্‌'ং তয়াং তয়া'না হৌগৎলক্লে অনাদো॥
রুক্মিনা হারকই "চন্দ্রকলা য়ে উসে।
মপাল পূনৎগী শাংথরে মা'ডগী হৈনৌ পম্খা স।।
নিংথিরবদ, মালিকা লৈশা খুম শাংথরে।
পূক্নী তুবা লৈশম্বা মায়ৈগী শাবা শনখরে।
লৈশাং ফবী মাধব; মন'ক নকপা তে মালদা।
পূক্নাং পেম্বা য়েংচরে জগ'ই শারে মা'চ'ডদা।।
পুম্নমকসি উরগা ইপেন পোন্দ ঐহা'ক্কে।
মপু লৈত' লৈকোনগম ইহাত হাংলি পূক'দি।"
"হৌনবানে হৌনব; মথোক-কারক মতমগী।
সুংশি চৈনা হায়বত্থ ওইরবনে নহাকা।।
হৌমিন-কামিম্নবকপা লৈকোল লৈরাং শাংলক্লে।
মপুণ ফারে তোমালস্থ তনৌ' উবা য়েংলক্লে।
কুইররোইদো নহাকস্থ খোইমু লাবা খাংজেংবা।
চীঙ্ংনগে হায়রানি পাইরক্লনি কনজাউবা।।"

"কাম্নদ' ভাক' খম্নগা      ভাওথোরকই অচানবী।
মতম মাঙহন' কাম্নত্রে      চঙখরসি শকহেনবী॥"
হায়না হায়না অনীদো      কোন্নুং শঙ্গায় তমহুনা।
কাইদ কাইদ চঙশিনখি      শামু খোঙথাং ভুমজনা॥

---

# ৩ রুক্মিণী হরণ

মুণি-ঋষি কয়ানা ঙাংঙন' কয়া তারগা।
অঙম-অথৌ ময়াম্না শোংম' মিংচৎ থম্লগা॥
মহাশক্তি তরুক্তা* মপু ওইবা শ্রীপতি।
দ্বারকা কোবা ঈথংকো মপু ওই' যদুপতি॥
ফুয়না মংবা নোংগুম্না চাউনা লেম্না ফজবা।
ফুয়না মংবা নেংগুম্না পংগী থম্মোই নিকহনবা॥
জগত 'পূন্বা গুম্মংপা মদনবুস্মু ওক্কংপা।
গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গংপা কংসবুস্মু লাম্বিবা॥
মাগী মগুণ তারগা রুক্মিণীনা পেঙ্গখি।
লাপ্না থম্মোই কংলগা মপু' ওইনা নাংজখি॥
"'মত্তা ঙায়বী মমোম্নি মনোং মথা তমসনু।
তোমখিন ঙাম্বী চন্নুনি অপাম' থম্না লৈসনু॥"
অসুমবু থঙ্খি মপা নিংথৌ ভীমক্তি।
তায়োম্নখি অহুবু মবুং অহল রুক্মদি॥
মবুং মরি অহুস্ত মপাই মতৌ তমজখি।
মরূপ মপাং খিবিকস্মু নিংথৌ য়াথং ইম্নীংখি॥

* মহাশক্তি তরুক :— ১। ঐশ্বর্য্য ( পূম্নমক থুহুম চনবা ঙম্বা ) ২। বীর্য্য ( অচিন্ত্য মহাশক্তি, অরেম্না ছায়বা ঙমদবা ) ৩। যশ ( মিংচৎ ) ৪। শ্রী ( মহাসম্পৎ ) ৫। জ্ঞান ( থঙবা, উবা ) ৬। বৈরাগ্য ( মায়াগী পোৎশক্তা অপাম্বা লৈতবা )।

শ্রীকৃষ্ণবু য়েংথিবা ফম্ব' সঙ্গ তৌজবা।
মপূকচেনস্থ তমথিবা মজা অহল অথে ইবা॥
খূংকল-পাঙ্গল-পাথোবা মচন' বর থিরকখি।
ফত্তবদা থেংলবা শিশুপা'লবু থে'নখি॥
রারম 'পুম্বা শীন্দুনা কোণ্ডং তহলন হল্লক্লে।
রাজ দরবার ময়'য়দা যুবরাজ চঙলক্লে॥
সনাগী'দি তা'ডনথক রাযেংক্তবু পায়রুনা।
ডাম্বে'ইরিদো নিংথৌরেল চৈ:না লেম্মা ফজনা॥
অমরাপুর কোঙ্গুংদা ইন্দ্র মানা ডাম্বগুম।
ডাঙ্গুরিদো নিংথৌরেল মণি মতুম খিন্নগুম॥
কৌস্তভ মণি' লৈতেং'গুম নরায়ণগী থদ'ক্রা।
লৈতেং ওইরি ডাম্ক্রা রা'জদরবার ময়ুদা॥
স্বর্জিং চংজাও মতোনগী ডৌকনবা উনপাক্রা।
কোরৌ লাশীং থোকপগুম কোরৌ মানা য়ৈরদা॥
পীরি মডাল অঙৈংবা ২ জ কেটি থে'কুন্না।
মণি মুক্তা হীরাডাক শিল্প' ভাম্বক লুতপা॥
লৈকোন ময়ায় শাংপগুম মথল মচু লৈরাংনা।
থিল্লি ফিগে নমথাডথুং সনা লুপই কোয়োলনা॥
দেব ঋষি ব্রহ্মর্ষি মরুত্তদি কুবের।
বস্থ গ্রহ ময়'ম্না কোয়না লৈ'গুম পুরন্দর॥
মশীং থীবা রারবা অডম অথৌ কয়ানা।
কোয়রি নিংথৌ ভাম্বকপু চৌন' নিয়ম ডাক্তুনা॥
অরাং থংবা নোং'দোম্বা ধ্রুব তারা' লুচি'বা।
সপ্তর্ষি মণ্ডলগুম ফম্মি মম্রী লৌশিংবা॥
অহিং অত্যা মকোয়দা থরানমিচাক পরেংনা।
থাজ মাবু কোয়রবগুম কোয়রি ভাম্বক থোগম্না॥

লুবাংজৈবু পায়জবা থৌগন নূপা অনীনি ।
নিংথু থবাক ফজবী চামর হাইবী মরিনি ॥
খূদৈশেলবু শেন্নবা কাওশেল থৌগল অনীনি ।
স্নাগী কাগোক পানহাপ' খূদোং থনবা অনীনি ॥
চোং-পে শেকপিন পায়জবা থৌগন পালি কয়ানি ।
থাং-তা গদা খূংলাই ওই নিংথৌ শেনবা কয়ানি ॥
রম্ভা ইরা মেনকা জগোই শাবা কয়ানি ।
চিত্রলেখা রাগিনা ঈশৈ হৈবা কয়ানি ॥
পুম্নমক্না নিংথৌগী মিকুপ নাহুম য়েংনরি ।
পুম্নমক্না নিংথৌগী যাথং ম্নাকা ভাইনরি ॥
থোঙ ভাকপনা স্নথোঙদা ভাক্লি য়োংশুক পায়তুনা ।
মহাদেবই ভাকপশুম নন্দী ভৃঙ্গী অনীনা ॥
মচা লৈবা রাবনশুম ইন্দ্রজিৎনা লূচিংবা ।
মচা লৈরি ভাম্বক্না কুম্ভবারনা লূচিংবা ॥
অম্বুক নিংথি' সভাগী লিক্লাই মুর্ছা পরেং লৈ ।
য়েক্ল-খোংজ' চঙখোনবা মরী চৎপা লৈপাল লৈ ॥
ফমথক নূঙভৌ হৈবনা মম্ব লৈতে সভাদো ।
ভাঙলৈনবা নূঙপাক্না লৈমায় চল্লে নিংথিদো ॥
অঙাং-অপক-অশংবা মচু কয়া তিন্দুনা ।
য়েকথরবা ফক্লাংনি নোংথাং লৈবা ঙমজনা ॥
ঊষা অনিরুদ্ধগী লৈপুন শেম্ন' লাওবদা ।
চিত্রলেখা কৌবীনা মরোল অহুম অসিদা ॥
লৈবা পাথং পুম্বগী মশক মওং ফজবা ।
য়েক্নুনদি উৎলগা মতা ঊষা পেহ্লনবা ॥
অদুগীদি মতৌশুম লাইয়েকপনা য়েক্নুনা ।
মাপুম খূদিং পেহ্লম্নি মথল মথেল থুংয়েকনা ॥

ভাণ্ড্ৰানবা মচুনা লৈতেং ওই'শুম ঈপাকী।
ফক্লাংশিংদা য়েকশ্ৰবা শাৎকায়রবা লৈরাংগী॥
ভাণ্ডল' মণি মপৈনা মচু শঙলি সম্ভাগী॥
মশীং রাম্ন' মিন্থখোঙ অহোবদই উরকপা।
নূপী' ফিজেৎ লৈতেংনা হেনগৎহল্লি ফজবা॥
সনাই মখোক পাল্লবা চামর লেংদা খোংহুনা।
খুজি-নাশি নূপুরদি খ্ৰাংহগোই খোঙজি মখোয়া॥
অউ' খুদিং শুমহুনা জগোই শাবী চৎলিবা।
থম্বাল অঙাঙ' পাংখল্লি লৈমায়থক্তা শাৎলবা॥
মজা ইবুংঙো কুমারশিং উবত্তদা ভাওরবী।
মমিৎ কোয়রাওনরবা মিৎয়েং তথক তথকপী॥
চামর থৌগন তৌরিবী শকফজবা মথৈনা।
অয়েকপশুম লেপখরি মথৌ কাউখোকখিহুনা॥
সভা মাণ্ডপসিদমু ফম্বাল তোংল' নিংথৌ'চা।
লীশীং ফম্ন আসন্দা মাগী মাগী মতিকচা'॥
চৌবর শান্নৈ থরনা বাণা খোংলি কনানা।
শত্ৰং শান্নৈ কনানা দোহা ইরি কবিনা॥
কনানবু য়েকচরি নিংথৌ মাগী মশকুম।
থরনবু ভাঙনরি কাব্যগীদি বায়েংশুম॥
বায়েনশঙদা উরিবা বায়েন-চৈরাক হৈরবা।
অঙম-অথৌ কয়ানি বাংল' তাঙবন' ফম্নিবা॥
চাক্কুনতা লৈরবা ধূপকী আগর মেক্রক্তা।
সুংশিরবা মনম্না পূক্লাং কাপ্পে সভাগী॥
হৈনম-লৈনম পুক্নুনা লিরি-লিরি শিৎলকপা।
থ'-গী সুংশিৎ নামিবা শুমখে্ৰ সভা অপূম্বা॥
মালঙ শহুম ফংবদা মখোন তরেৎ থাকন্দো।

লেঙলেঙ লেঙলেঙ চৎপদি ঈপাক ঈথক মাল্লিদো ॥
বিশ্বকর্ম্মা মখুৎশেম কুবেরগী সভানি।
মাবু হেন্বা সভা'সি ভীষ্মক মাগী মরম্লি ॥
ময় দানবকুয়বা থুংহৈবদি কয়ানা।
শাথরবা সভানি মতম পাঙ্গন লনচঙনা ॥

শায়ামলক্কা চঙবশুম মরিক লৈবা নোংশানা।
চঙশিন্নকই সভাদা কৃষ্ণ কৌবা বীরনা ॥

মজা'বুংঙো উবদা সভা ভুমিন লৈনখি।
নোঙ্গৌবানা ঈঙাইশুম কৃষ্ণ মপাউ ঙাইনখি ॥
মপা 'বু'ঙো ভাম্রক্না তর'ম তরাম কৌবিখি।
"চঙশিন্নকউ, কম্মোলাও" সনা য়াথং তাকপিখি ॥
চঙশিন্নকই কৃষ্ণদো মতম মাঙহন' কাম্নদে।
নোঙ্গ্রকই মপাবুং' অকিববু লৈজদে ॥
"ঐবু লোইবা লৈমাবা মহারাজও তাবিনি।
ইচন 'বেষ্মা রুক্মিণী তোমথিন ঙানবী কন্যানি ॥
মচুং মতম চায়ক্লে কুইনা থম্বা চুমজ্রেদো।
রায়েন থোদা লুপ্পনা মাগী রাখন থজ্রেদো ॥
মতিক চাবা বরবু মহারাজনা থনবিয়ু।
নমোম লাংলেন শকহেন্বী মনাং থুংন শীনবিয়ু ॥
বেদ শাস্ত্র নিয়মবু মুমবুদি খঙবী'নি।
সনা বুদ্ধি তৌবির' ইচন লুহোং শীনবিনি ॥
মজা'বুংঙো রাঙাঙতা সুংঙাইজখি নিংথৌদো।
পাত্র-মন্ত্রি য়েংতুনা নিংথৌ মথা তাখিদো ॥
"লৈবাকোদি অঙম্বা সভা 'পুম্বা তাবিয়ু।
পাত্র-মন্ত্রী অপুম্বা পুক্নীং চঙনা তাবিয়ু ॥

অকন অথৌ ময়ামগী লিংজেল থৌনা ফবনা।
য়ায়েন শঙগী বিচারনা নিয়ম চুম্না তৌবনা॥
কুণ্ডিনগীদি মপুনা ঈংনা ঙাকপা ঙম্নিদো।
লৈবাক মরা তপ্নদি পাম্লি অম্বা' লৈতেদো॥
ঙসিগীদি সভাদা যুবরাজনা রাফম'মা।
কাঙখৎরেদো তরাইনা ইমু-মপুং রাফম'মা॥"
"কায়দে কায়দে খন্নসি" লাউনরকপা কোঙ্গায়নি।
"মথা য়াথং তাকপিসি" হঙ্গংনরকপা কয়ানি॥
সভা মীয়াম' পুক্নীংখঙ থৌনা ফখি নিংথৌদো।
মন্ত্রী মণ্ডল মরাক্তো রা'ঙ'ঙ মথা তাখিদো॥
"অঙম অথৌ পুম্নমক কুণ্ডিন যুবরাজগীদি।
য়াঙাঙ পুম্বা তাবিরে ফরেল ফবা থবক্তি॥
য়ৈথোকপবু চুমদেদো ইমোম লাংলেন থাজবা।
ঐশু খৈনা পায়েদো ইচাগী মনীং থুংনবা॥
পাত্র মন্ত্রী অপুম্বা মুন্না বিচার তৌবিয়ু।
লৈপাক নিংথৌ য়ুংইফন' অহুমশু খনবিয়ু॥
ইমোম অসি পোকপদা পাম্পি হৈবা কৌহনা।
অফ ফত্ত য়েংহনখি পুংফম লয় য়েংদুনা॥
'রুক্মিণী'দি থোনখিদো শক-তা চু-দা মগুণদা।
লম্মা শামা য়গনি রাৎপা লৈরোই করিদা॥
মপুং মতম চারগা খ্বাইদই ফবা পুংফমদা।
শোয়দনবু লুহোংনি মীথোই মীহেন বরদা'॥
মতিক চাবা নিংথৌরেল যুবরাজ কনাদি?
করম' লৈপাক' লৈরিবা ইচাই মখুৎ পায়দৌ'দি??
মচিন চৎপা অঙম্বা মানা মানা পামজবা।
নিংথৌ মমিং থারকই মানা মানা খঙজবা॥

কনা'মনা পল্লকই
কনা'মনা হায়রকই
অম্লম্লবু থানখি
দন্তবক্র, পৌণ্ড্রক
পুম্নমকপু তারগা
মজা 'বুংঙো রুক্মীনা
"পাবুং মহারাজ ও
শিশুপালবু কৌইদো
লনথুম শক্তি মীচঙদা
রুক্মিণীবু থাজবা
ইচন পীর' মঙোন্দা
পাঙ্গনবগা মরা থম
যুবরাজগী 'পাম্বদা
রুক্মকেশ 'কুমারনা
পাবুং, ইচন রুক্মিণী
বাস্থদেব মহাক্তা
শক্তি লৈবা মহাক্তি
শক ফজবা মহাক্তি
ময়াম' খাঙাঙ তারগা
মহৌশাগী নিয়মদি
মজা'বুংঙো পুক্নীংখঙ
মখা' কনা হায়নীংবা
নিথৌ পুক্নীং খঙহ্রনা
মথুং লোম্ন হৌগংচৈ
"ইনিংথৌও তাবিনি
যুবরাজ তাবিনি
"জরাসন্ধ নিংথৌ লৈ।"
"শাল্ব নিংথৌ মতিক লৈ॥"
নিংথৌ লৌশীং লৌশীংগী।
বিদূরথ 'কনবগী॥
ভা্ম্মক নিংথৌ পেন্দ্রেদো।
মখা তানা হায়রেদো॥
চন্দেরাগী নিংথৌদি।
তাঙই মাগী লম্বাদি॥
ঐখোয়গদি মান্ননি।
মতিক চাবা নিংথৌনি॥
ইনিংথৌও পেম্বিয়ু।
মিংচৎ লৈবা লৌবিয়ু॥"
খোয়দাদবা উবদা।
মখা ত'খি থুদক্না॥
কৃষ্ণদবু পীবিয়ু।
মরী নক্না থম্বিয়ু।।
পোকপদগী য়াওরকপা।
জগত পুম্বা শুম্মাংপা।।
পুক্নীং মুংনাংবিগন্নু।
মচং লৌবা কাউবিন্নু।।"
মুংঙাইজখি ভাম্মক্তো।
ঙাইজখিনে নিংথৌদো।।
বড় মন্ত্রী অথোইবা।
ঈংন মপূক তপচবা।।
পঙল' ননাই নোঙরি।
মজা'বুংঙো লৈবিরি।।

অঙম-অখৌ লৈবাক্কী মুন্না বিচার তৌবিনি।
রাজকন্যা থাজবা নাংবিরবা নিংথৌনি॥
লৈপাক্কীসু ফনবা নিংথৌগাসু ফনবা।
লৈমগীসু পেন্নবা কন্যাগীসু থুংনবা॥
থুংকন-পাঙ্গন' অথোইবা যদু বংশ মণি লৈ।
গোকুলদবু চাউখিবা কৃষ্ণ মাদি শক্তি লৈ॥
দেবকীগী শিওমদা বসুদেবই চুপথানি।
পূর্ণাবতার ভগবান মায়পৈ 'পুন্না ঙাম্বনি॥
মথুরাদা পোক্লগা গোকুলদবু চাউখিবা॥
কৈশুমশঙদা পোক্লগা নন্দরাজনা য়োকখিবা॥
মায়াবিনী পুতনা অঙাং মানা হাৎখিবা।
কালিদমন তৌদুনা বাল্য লীলা তৌখিবা॥
ইন্দ্র পূজা তোক্না গোবর্দ্ধনগী হৌখিবা।
শাউরদুনা ইন্দ্রনা নোংগী মপৈ হৈথবা॥
গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎলা' গোকুল' পুম্বা কনখিবা।
শম্মেন্নহা ওয়দুনা হিংচা' কয়া হাৎখিবা॥
যমুনাগী মপান্দা রাস কয়া তৌখিবা।
গোপীশিংগী পুক্নীংদু জলকেলী হৌখিবা॥
মালেম ভারী কোন্নবা নোঙ্গুম্বিবা মহাক্নি।
নৌরী' চহি মতাংদা কংস হাৎখি' মহাক্নি॥
উগ্রসেনদি মবুথৌ সিংহাসন্দা থম্মগা।
মথুরাবু থাবনি দ্বারকা শেমগে নীংলগা॥
সমুদ্রগী মপান্দা স্বর্ণপুরী শেম্বনি।
শক্তি পুম্বই ভুংনকম দ্বারকানাথ মহাক্নি॥
মতুং লীলা তৌনবা নাথৈদুনা লৈবনি।
জরাসন্ধ 'পঙবনা কৃষ্ণ ঙন্নে থম্বনি॥

শংবাম্নবা কুচুনা    মালেম লৈমা শুবনি।
শাথেক-অহুম-থেকপনা    মরোল অহুম লৈবনি॥
ভৃগু চিহ্ন থমজনা    থবাক তুরৈ হঙংপা।
নারায়ণনি মহাক্তি    ব্রহ্মামক্তা খঙদবা॥
বনমালা থোল্লিবা    খ্বাঙদা সনা ফিগেনি।
গদা চক্র মোইবুংদি    ৎম্বাল পাল্লবা পাখোল্লি॥
খোংদোরকপা বাঁশীনা    জগত মিকপ থোকপনি।
ঙাঙথোরকপা বাঙাঙনা    বেদ বাক্য পরেংনি॥
কৃষ্ণদবু কচ্চবা    মতিক চাবী রুক্মিণী।
কনাদবু থাজনি    মুম্না বাখল তৌবি'নি॥*
বড়-মন্ত্রী বাঙাঙতা    অঙম অথৌ পেনবনি।
বিদর্ভগী মপুম্ন    থৈনা পূক্নীং পেনবনি॥
রাজকুমার মরিস্নু    কৃষ্ণ পাম্বা উচ্চখি।
কৃষ্ণ' মরা ওইবদি    জয়বু ওইনি নীংজখি॥
লৈমকোনগী লৈমশিং    লৈকা লাম্বা লৈরাংশুম।
লৈন লৈন নোয়নখি    নোংখোং তাবা বাহোংশুম॥
রাজকুমারী মকাদা    চেনজখিবা কয়ানি।
সুংঙাই' মপাউ তম্নবা    কোনজরুবা কয়ানি॥
ঈংনা তপ্পী মহাক্লি    কবি ফিংবা তৌদেদো।
মবুং অহল রুক্মাগী    মথা বাঙাং হংজিদো॥
কোকথক বজ্র তাবশুম    ময়াম লৈদা য়েংথনৈ।
গরুড় উবা লিলশুম্না    ওম্না মরায় মরুকনৈ॥
সখী ময়াম থুমদবা    রাজকন্যা শাউরক্লে।
অথি' খোনফম থাহুনা    ওম্না চৎখ্রো হায়রক্লে॥
মোঙবা হাবা তৌদনা    তুমিন তুমিন থোরক্লে।
দরবার মম্না পর্দাদ    থুনিং কাওনা চঙলক্লে॥

রুক্মী রাজাও ভাইহূনা তুমিন তুমিন লৈথরে।
লাইজ ভাইবী নোঙ্গৌবী অতুই পাংথক ওইথরে॥
মনাও মরি শূক্ক য়েং বড মন্ত্রী কৌহুনা।
যুবরাজদি রুক্ম'না শাউনা মমিং ভাজহুনা॥
তনিক তনিক নীক্কুনা মখা চিক্ক চ'ঙলক্লে।
রুক্মী মায়থোং উবদা মযাম তুমিন লৈহক্লে॥
"বড় মন্ত্রী অথোইবা চহি যাম্লে হায়ত্ত'ভাই।
রাজানদি উৎংলেদো অপঙবনি হায়'স'ভাই॥
করি মতিক লৈহুনা কৃষ্ণ মাপু থাকবা?
যণ শেন্দুনা চাউরকপা গোপ মাবু থাগৎপা??
মহারাজ ঐহাকসু মহুনদি উশত্রে।
লোনম চাউবা থাগৎপা মতুনদি চৎনত্রে॥
নিংথৌ মচা নত্তবা জগোই শাবা কৃষ্ণবু।
বাঁশী খোংবা যণশেনবা পাংখিত্রবঃ মাচেনবু॥
করি নত্ত' থাগৎলে বড মন্ত্রী অহঙ্গনা।
দ্বারকা দ্বীপতা লৈবিরা মরম থিযু মন্ত্রীনা॥
জরাসন্ধ শিশুনা রাম-কৃষ্ণ তাম্বোকখি।
জযাসন্ধ শিশুকি দ্বারকাদবু লোৎচখি॥
অতোপ্পদি ভমদনা নূপী যণদি উরোকহাৎ।
কংস নিংথৌ অশোনবা মাগী মাতুল লৌতুন-হাৎ॥
লিলগী মন্ত্র খরহৈ কালিদমন তৌজরে।
খঙদবনা ময়াম্না কল্লে হায়না থাগৎলে॥
পাম্বোম মরি পাবদি মাদ নত্তে খনবিয়ু।
কক্কষ লৈপাক নিংথৌওই পৌণ্ডুকবি খঙবিয়ু॥
শঙ্খ চক্র গদাদি পদ্ম পাম্বোম লৈতেংনি।
সনা ফিগে থোন্দুনা কৌস্তভ মণি লোইবনি॥

মঙোন্দগী হৈয়বৈ পাঙ্গন কন্না শিশুপাল।
জরাসন্ধই মরূপ্নি চেদি নিংথৌ চেদিপাল॥
মতিক লৈবা শিশুপাল কৃষ্ণ তরাই শত্রুগনি।
মঙোন্দবু থাজবা মতিক চাবা ইচল্নি॥
নিংথৌগী ঈ তশেংবা ভক্ত কন্না শিশুনি।
মপানপু হাক্তকই খুৎম কায়দ' লাকপনি॥
থোনা লিক্কেন লৈরবা মনা কিদা ক্কেএনি।
অকন' মকপ লিংজবা যেক্ল' লৈত' নিংথৌনি॥
ঝাও-পাদ পাঙ্গবা খুৎলাই লাম্নী লিবনি।
বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা শক্তা-চুনা হেন্বনি॥
ইচন কৎপা মঙোন্দা ঐথোই লাইবক ফবনি।
লৈবাক শাগে চাওখৎনি ইচন মনাং থুংগনি॥
অতৈ লৈবা নিংথোদো শিশুই মথা থাবনি।
দমঘোষ মপারি কৃষ্ণ কিদ' মহাক্নি॥
খন্থবিনি মহারাজ যেক্ল তিংখং লৈতনা।
শাস্তি লৈনা পাম্বিনি হঙ্গচ্চরি নচানা॥"
বডমন্ত্রা অহলনা মথা তানা হায়খিদো।
"অরেম্বদা যুবরাজ কৃষ্ণ নিন্দা তৌরেদো॥
কৃষ্ণ নিন্দা তৌবদি ঐহাক্কদি পামজদে।
লৈপাক মঙ্গল ওইনিস্নু রথল লাম্বা ফংজদে॥"
শাউবনদি মমাযঙাঙ যুবরাজনা থুম্নকখি।
বডমন্ত্রা ঝাঙাঙবু নাকোইননা কক্লকখি॥
"কৃষ্ণ মাগী মরমচৎ খঙত্রে মন্ত্রা অখোইবা।
চহি তরা তরুক্নি নন্দই নাক্তা লৈরকপা॥
কম্বল ইম্না শঞ্জেল্লি শঞ্জেমহা কৌনৈদো।
গোপ মচা মহাক্নি গোপাল হায়না খঙনৈদো॥

কুঞ্জ বন্দা চত্নুনা ব্রজই মৌশিং কৌবনি।
মাখন চাইদো হুন্ননা গোপী মরল হুবনি॥
'নন্দ গোপই মচানি' কনা 'মনা হায়গনি।
'বসুদেবই মচানি' খর 'মনা হায়গনি॥
পারী-পুবা অশেংবা কনানসু খঙনদে।
'উগ্রসেনগী চাকরনি' মাবু মনা থানদে॥
কৃষ্ণ নিন্দা তৌবদি শিশুপাল মকিনৈ।
কৃষ্ণ কল্লি অসুম্না নুপী ভঙাং মঙাংহৈনৈ॥
পাঙল লৈত্র হৎবা মাবু লাইনা মহাংহৈনৈ।
কুচু মুবা হুরানবা মাপু ফংক্ত থাগৎনৈ॥
অরাম্বতা ভাঙবদা অপাঙবনা মরাংক্ত।
অচুম্বতা থিবদা অশিনবনা ঙু ভাইক্ত॥
য়েক্লবু য়োক্লবা রাজনীতি হৈত্রেদো।
রাজনীতি হৈত্রবা লৈবাক নিংথৌ মুংলেদো॥
লৈবাক নিংথৌ ফনবা হন্না হন্না হায়জরে।
নতি জ্ঞানদি বাংপনা মাতু ফাঙবা খঙংক্তে॥
অমুক শম্না হায়জগে বরুনই হাংলেদো।
য়েক তিংখং লৈরোইদ' লৈচংলোনদা খনংলেদো॥
চাকহোং ভাহোননবা লৈবাক লৈকেপ চাউনবা।
য়েক তিংখং লৈতনা চক্রবর্ত্তী ওইনবা॥
অশ্বমেধ যজ্ঞবু মশক লেবা পাঙবৈক্নৈ।
লম্না শক্তি লৈবনা রাজসূয় মরাংনৈ॥
অহু নত্রে হায়রগা তেবা লৈরূপ শেমগৎপা।
চারৌ-মৌরৌনহনা নিংথৌ মাচঙ চাউহনবা॥
কুণ্ডন নিংথৌ শাগৈনা অশ্বমেধ ওয়োইদো।
সম্পত্তিসু বাংপনা রাজসূয় পাঙলোইদো॥

ঐখোই হায়বা করি নৈ ?
অশোন' লৈবাক লৌশিংবা
লৈবাক লৌশিন' লেপত্রবা
শোয়দ্রবনি নোংমদি
রাজনা'ত হায়র'দি
থুদোংচাবা লৌগনি
ঐখোই যেক্ল' কৃষ্ণ'ন
মাগী মাচত্ত শেম্লি'দা
পাঙ্গল কনবা মাচত্ত'থ
মতম চানা থিংত্রবা
মাচত্ত লৈকপ শেম্লবা
করম করম লৈবাক্তা
জরাসন্ধ লৈরিদো
শিশুপা'লদি কল্লবা
শাল্ব নিংথৌ পৌণ্ড্রক
দন্তবক্র বিদূরথ
নোংপোক নোংচুপ খ'রাংগী
মাচত্ত লৈকপ শেমগৎপা
লৈরূপাসিবু শেম্ল'দ
তরাইনা জয় তৌগনি
ওইথোকপুম খনবরা
যুক্তি উপায় হায়রগে
কংস হাৎখি' মররদই
জরাসন্ধ নিংথৌরেন্স
দন্তবক্র শাল্বদি
পৌণ্ড্রক্তি বিদূরথ
'মাচত্ত লৈকপ লিংখৎপা।'
লৈবাক ভুমৈথ চাউহনবা॥
কুণ্ডনাতি হৈরদা।
মাচেম মপু ওইরবা।
'চুম্বাক্ত চেংফদ।
তেৎরবু য়াংকফরে॥
দ্বারকাদা লৈহনা।
কনা খত্তলোই 'পত্তরনা॥
ইন্দ্রপ্রস্থ লৈকপা।
নোংমা মানা শপক'নি॥
খনসি কনা লৈরিবা।
কনা নিংথৌ পাল্লিবা॥
কৃষ্ণ মানা হাংতল্লোই।
কৃষ্ণ মচত্ত ওইররোই॥
কৎবা মপা লৈত্রবা।
যেক্ল কনা কিত্রবা॥
কন্স নিংথৌ খোমজুনা।
ঐনা ভুমি তর'ইনা॥
কৃষ্ণ লাশীং লাকসনু।
রাম লৌশীং লাকসনু॥
হে মন্ত্রী ও অধোইবা।
তরাই তরাই লৈরবা॥
অস্ত প্রাপ্ত লুখ্রা ওই।
কৃষ্ণ হাৎকে রাশক ওই॥
শিশু মাগী মকাপ্নি।
শিশু মায়গৈ লেপকনি॥

ইচন নূপী রুক্মিণী    শিশুপালদা পীরবা।
মীচঙ ফংলে ঐখোয়গী    য়েরু' পাঙ্গন হল্লবা॥
থম্বিবিনি মহারাজ    উগা সঙ্গ হৌরবা।
য়োংনা তাউই ঈশিংদা    রাফমনিদো শোয়হ্রবা॥"
বড়মন্ত্রী হৌগংথি    'ইনিংথৌও রাবিগু।
নজা'বুংভো রাভাওতা    পূর্ণাং পুক্লোংবিগনু॥
অধর্ম্মীগা মরূপওই'    নিংথৌ লৈকপ শেমগংপা।
পামজদেদো ইনিংথৌ    বিশ্ব শান্তি মাঙহনবা॥
মীচঙ চূড়ংশিন' লৈবাক্লা    না' হম না'ত চংলোইদো।
মশাই ওইবা অচুম্বা    বিচার লৌবা ভয়োইদো॥
পাঙ্গন শোম্বা লৈবাক্লা    'কংই মপাল তাংগনি।
ইরৈপাকপু ভাক্লবা    মংহৌপ লান্নী থাকনি॥
অচুম অরান খংনরো    মীচঙ লৈকপ য়াংওবনা।
ঐগী বিচার অচুম্বা    পীবা য়ারোই নাংতম্না॥
মাচঙ লৈরূপ অমগী    যেক্লরবা লৈবাক্লো।
মরী ওইসনু ঐহাকী    যেকরবনি মহাক্লা॥
শান্তি পাম্বা বিদর্ভ    মীচঙ লৈকপ য়াওনীংদে।
অশোন' লৈবাক খিত্না    লৈলো লাম্বা তৌনীংদে॥
বিশ্ব শান্তি থম্নবা    মাঙং ইতেং পানবা।
লৈভাক্লোনগী নীংতম্বা    অচুম্ববু লৌগংপা॥
চাওখত্রিবা লৈবাকপু    চাওখংনবা শীনবিবা।
চাম্ন-চিম্ন-হুংশিন    মরূপ লৈবাক য়ামহনবা॥
ধর্ম্মবুদ্ধি শোগংপা    অধর্ম্মবু নমথবা।
প্রজা মরা তাবিবা    লৈভাক্লোমি নিংথিবা॥
অকম্বনা অচুমশক    অশোম্ববু তুহংপা।
মতম লৈবা খিবিক্তা    শালানগী মিকানবা॥

শান্তি লৈরোই ইরৈপাক
লম্বী-থোংবু শাগৎপা
যুমলৈ-কৈরৈ ফংনবা
চাওখৎহনবা ললোম্বা
মাচম্ভ লৈকপ য়াওশিনবা
মীচম্ভ নাইদ নীতিসে
শিশুপালনা কৈদৌঙুং
শিশুপালবু লান্নবা
শিশুপালসি পোকপদা
কৃষ্ণ মানা য়েংবদাই
মাহু উবা মমানা
'ইচা অসি নথুম্না
হেকৃষ্ণও মুংশিবা
ইচাই লাম্বা চামরক
ব্রাফম অসি লৈবনা
পূর্ণাবতার কৃষ্ণগী
নজা 'বেম্মা রুক্মিণী
শোয়ত্রবনি ইনিংথৌ
অহল ওইর' ভীষ্মক্না
মীচম্ভ য়াওদ নীতিবু
"বড়মন্ত্রী যুবরাজ
মুন্না তারো হৌজিক্তি
লৈবাক ঙাক্লোন কাংলোন্দা
থৈনা পাম্লে বিদর্ভ
বিশ্বশান্তি পুরকে
লৈলো লাম্তা তৌফদে

ঙম্মোই কৈম্নু শেমগৎপা।
বিদ্যা মন্দির লিংখৎপা॥
চিন্নাক মরাং কায়হনবা।
মপান লৈবাক নক্নবা॥
প মঙ্গদেদো ইনিংথৌ।
লৌখৎপিয়ু লায়িংথৌ॥
কৃষ্ণ মাবু ঙম্মোইনে।
কৃষ্ণ মানা কূপ্ননে॥
পাম্বোম মরি পাল্লকখি।
পম্বোম 'নীতা ঙায়ক্লখি॥
থৈনবুদি ব্রাজরে।
শিবসিদি মশোয়রে॥
বর 'সিমদি পীয়ুকো।
নঙনা মাবু ঙাকপ্যাকো॥'
কৃষ্ণ' ঙম্মোই হায়বনি।
মীচম্ভ লেপ্পা ফগনি॥
শ্রীকৃষ্ণদা কৎলবা।
লাইবক থম্বাল শাৎলবা॥
লৈবাক ঙাক্লোন'দমক্তা।
পান্মী ফোংখি সভাদা॥
অঙম অথৌ অপূম্বা।
নিংথৌ ঐগী অপাম্বা॥
মীচম্ভ য়াওদ নীতিসে।
মাহু থঙনা চৎলোসে॥
পূক্নীংদবু নীংলবা।
থাদোকনি নৈহৎপা॥

ঠোইলম য়োকপা নীতিদো সমরাজ্যবাদপুদি ।
পামগনুসি পাখৌশিং মূংনি শোয়রোই নোংমদি ॥
অন্না নংল' প্রজাগী নীংতম লাহ্লৌ তেংবাংবা ।
হিদাক ফিজেং চিঙ্খাকা অপাঙ' মতেং পীবিবা ॥
অতোনববু য়োকখৎপা ধম্ম নদো অথোইবা ।
অহিংশাগী নীতিসে লৌপ নদো তথেংবা ॥
শান্তি 'মম্লং নাংতম্বা হাদোক্রফন থোক্তেদো ।
মাচঙ মীচঙ চূঙশিনবা শান্তি লৈবা তান্নোইদো ॥
শান্তি ঐখোই উদ্দেশ্য লৈচ'ক্লোনগী কুক্ষমনি ।
মীচঙ নাইদ' নীতিনা ঐখোই মপান নীংতনি ॥
মূক্ক' লৈবাক অনীগী অমই মাচঙ ওইশনবা ।
মাহু পামদে ঐখোইনা মূক্কবদু য়াওশিনবা ॥
মীচঙ নাইরোই হায়বসে লানগী লাল্লোংলোমদনি ।
অশোনবগী নত্তেদো অকনবগী নাতিনি ॥
উপগ্রহ মীরমগী পামদে ভারত মাহুবু ।
শক্তি লানফম য়াওরোইদো ফত্তে খঙনা মাহুবু ॥
খূৎলাই লমজেন তাম্নবা মাহু পামদে ভারতনা ।
শক্তি লৈবা উৎনবা মাহু নীংদে ঐখোয়না ॥
লৈবাক লৈবাক খুদিংমক মাগী নীতি চৎসনু ।
মাগী মাগী নীংতম্বা মমল খঙনা ঙাকসনু ॥
মরুপ ওইবা লৈবাকশিং খুৎথিংজিনবা তৌনরোই ।
মনুং লৈঙাক্লোন্দুদা য়েৎনীং কোঙ্গায় য়েৎনরোই ॥
ফিঙ্গৎপনা ঐখোয়বু অশাউবনা হুমহুনা ।
পুহনফদে ঐখোয়সে ঙাকসি মাহু নিংথিনা ॥
তৌনীং' থবক' নীংতম্বা 'সিনা ঐখোই নীতিনি ।
কর্ম্মবুদ্দি তৌরবা সন্ন্যাসতগী হেনবনি ॥

গনতন্ত্র মরুনি রামরাজ্য কাউন্নদো।
ভারত ভূমি চুনবা ঙাক্লোন কাংলোন খণ্ড্রদো॥
শান্তি লৈন ধর্ম্ময়েং চাওখৎ খোঙথাঙ চংশিনসি।
লৈলো লান্তু পানদনা লৈঙাক লংখো কলহনসি॥
ঈশিং মুংশিং অশেংবা য হংবা হোৎনসি।
লৈবাক লমথৈ মাম্বনা য়েংখোংবা হোৎনসি॥
লায়র লমনা কোকহনসি ব্রত-পাদ ওইহনসি।
হৃদয়-চিন্ন মুশিন' চং মাম্বদা য়েকখৎসি॥
শান্তি পাটজেগ শল্দোকসি হিংশিন্নদা হিংজবা।
ইরন মুংশি' কাউন্নসি ঙাকপা নত্র' শিদোকপা॥

নিংথৌ' মথা তাদ্রিত্তৈ ব্রশনখিবা রুক্মিণি।
নিংথৌ' পূক্লীং য়েংহুনা থুদোংচাবা লৌবনি॥

"লৈবাক ঙাক্লোন নৈনবা মন্ত্রী মথৌ ওইনিদো।
রাজকুমারী থাজবা মাগী মথৌ লৈতেদো॥"
যুবরাজই রাঙাঙতা বুদ্ধি লৈবা ভাগ্যমক্লা।
মুন্না বিচার তৌরগা য়াথং পীখি ঈংতক্লা॥
"অহল ওইর' নপানি নওনা ফন' শিল্লোদো।
খন্নরিবা হায'হুনি নওনা য'দ্রে লোইরেদো॥
থোল্ল'মদি লৈরনি নও ঐনা খওলোইদো।
নোংদম অহু লাকপদা ঐদি নীং কায়রোইদো॥"

নিংথৌনদি য়াহুনা রুক্মী কৌবা বীরনা।
পুংফম লগ্ন য়েংখরে কোন্নুং-পাঞ্জি কৌহুনা॥
শিশুপালগী মফমদা 'মচন কৎলে' তাকখরে।
পুংফম লগ্ন লুহোংবই ইর' চিঠি থাখরে॥
অন্সুমদি তাইশিন্ন রাজসভা লোইশিনখি।
মন্ত্রীবুস্ন থাগৎনা রুক্মীবুস্ন পেহ্লনখি॥

পুংশেল যন্ত্র য়েন্তুনা হয়াও মথোই কাথরে।
ময়ীন খাবা রুক্মীনা সিংহনাদ লাউখরে॥
তোনচাদবা মথোন-ড়া লাইয়াম্শিংনা ওকপনি।
অমঙ্গলগী থৃনম্বু মায়গী পুম্বা উবনি॥
মতম ইচা চাদনা ঈগী নোংবু চুরুকখি।
খাওওমদনা নমথাবা অশা' নুংশিং শিংলকখি॥
নুংখিল পোবোপমকুদা লমহুই খোংবা তারক্লে।
লাংজা কাকী শঙ্গুনা অত্যা লৈনা পাইরক্লে॥
লৌবুক লম্ফাং লানফমদা ভূত প্রেত পিচাশনা।
অকি' শক্তম উৎতুনা জগোই শারে হয়াওনা॥
ভূমি কম্প তৌরক্লে মালেম থকথক নিকখরে।
ঈমায় চোনবা তুরেলশিং ঈচেল হন্না চেনখরে॥
রাহু' উম্বা থাজগুম কোরৌ মমি শামখরে।
অকি-অথং খোঞ্জেন্না মায়গৈ তরা নিনখরে॥
খুৎলাই শণ্ডদই খুৎলাইনা হীক্লোকতুনা তাবনি।
শগোল শামু লানশানা অকি অথঃ খোংবনি॥
মিৎচি কোয়বা তমুবা থবাক ব্রাংবা নিংখিবী।
মায়থোং থাজ মাঙবী নিংচু তুংয়ান ফজবী॥
নৌর' থম্বাল লৈনাগী ওভান মচু ওমজবী।
তণ্ডাং' খজাই অনীনা মায়থোং থাজ হেলহনবী॥
ঈপান থাগী থায়ায়দা ঈমায় চোনবী গঙ্গাগুম।
মালও শহুম ফংবদা ঈথক ঈপোম ঈশৌগুম॥
যৌবনগীদি ঈপোমদা ঈথক হৌবী কন্যানা।
মবুং থৌশিল খণ্ডবদা পুক্লীং তয়াং তশোইনা॥
তথক তথক য়েংবগুম লাংদা থুবা শজিনা।
দ্বারকা মায়গৈ য়েংজখি পিরোয়নবা মিৎয়েংনা॥

উবা মন্তান তম্বাংবী    বা'ল' চৌংনা থংপগুম।
মকোয় ফাবা থাজবু    মুব' লৈ'চিল' কুপগুম॥
রাজকুমারী রুক্মিণী    মায়থো' থাজ মকশিনখি।
হুংহিক্লনা কপতুনা    থম্মোই গন্না ঈহৌখি॥
যুক্তি উপায় পীনবা    মতৌন্দহুম চঙ্গজখি।
থল্ল-থল্ল লৈতগুম    উপায় মণি থম্ভখি॥
শিন্থরকপা পিতনা    থম্মোই থম্বাল শেংজখি।
থম্মোই চেক্লা থাদুনা    থম্মোই পাউদম থাজখি॥
"পূম্নমকপু থগুলবা    অন্তর্যামী নহাক্লি।
লেঙলি-পাল্লি পূম্ববু    থৌশিল্লিবা নহাক্লি॥
লাপ্না নকপা নহাক্লি    নক্লা লাপ্না নহাক্লি।
হুরান' মকোক নহাক্লি    থম্মোই হুবা নহাক্লি॥
নডোন্দবু কংথ্রবা    পূক্নীং হকচাং অনীনি।
ঐগী ওইদ্রে ঐহাকসে    লৌশিনবীরো নপোৎনি॥
অকৎপদা লৌবিবা    ঐগী ওইবা নহাক্লি।
থম্মোই থম্বাল কচ্চবা    রুক্মিণীদি ঐহাক্লি॥

---

# ৪ দ্বারকাদা দূত থাবা

কপ্পা তোংদে খন্দুনা    ক্রুক্ষ,নীদি মহাক্কা।
ব্রাহ্মণ দূতী শেমদুনা    দ্বারকা' থাখি থীন্দনা॥
রাজকুমারী য়াথংপু    স্নুংশা মৈশা কিদনা।
সনাইরথ তন্নতোং    খোণ্ডশানখরে থান্দনা॥
কৃষ্ণ নাম্বু শে'ন্দুনা    ব্রাহ্মণ পূক্লৌং স্নুংভ্রাইজৈ।
চীংগী লম্বা তুরেলশম'    লম্বী লমশাং তেনশিঙ্গৈ॥
বন উপবন কয়াদা    লাইনীং খাংপোক কয়ানি।
উরী ব্বারী হৈ-লৈনা    নিংথিজবা কয়ানি॥
শজ্ঞি শভাই খরশানা    মনাং তম্মা চেঞ্জরি।
কোকিল চীংক্লুং তাম্মানা    মখৌ পোংনা খোংজরি॥
কোম্মুং খুংশেম য়াওদবা    মহোশাগী শক্কমনি।
লেঙদ শকফম উরুবা    দূতী খৈনা পেব্বনি॥
মথং মথং লাকপনা    তাপ্তা তুরেল মাঙওইনৈ।
তাপ্তা তুরেল লাল্লগা    স'তপুরা মায়ে'কনৈ॥
চাংশাং অদু লাল্লগা    নর্মাদা উরেদো।
লুরবদি লাইজনা    খেক্লা লংনা চেল্লিদো॥
মহি চেল্লবা মুক্তানা    মুক্তা ঈপাক তমজরি।
কৃষ্ণ ঈপাক তমজবা    দূতী মাস্থ চেঞ্জরি॥
নর্মাদাদি লাম্বোকচৈ    বিন্ধ্যা অমুক লৈরেদো।
বিন্ধ্যা মাবু লান্দনা    কৃষ্ণ দর্শণ ফংলোইদো॥
ঈশ্বর তাবা লম্বীদি    অপন' লৈবা হৌনৈদো।

চাংয়েং পনবু লাল্লগা    মাবু ফংবা শোয়দেদো ॥
রাখল অসি খন্দুনা    ব্রাহ্মন পুক্লীং তপথজৈ ।
পাঙ্গল থৌনা ফুদোক্লা    চাংজাউ অহু কাখৎচৈ ॥
বিন্ধ্যা চীংদোন লোমবদা    কৃষ্ণ ফংনি নীংজরে ।
নোংচুপ ঈপাক পাংবদা    দ্বারকা ঈথৎ উজরে ॥
ঈশিং ঈপাক ঈয়ায়দা    ফাওগৎলকপা স্নজিংগুম ।
ফজৈ ঈথৎ ঈপাক্তা    মণিমুক্তা মপেগুম ॥
নিফু-নীপান কোসনা    মরাক মমুং ওইরবা ।
যক্ষরক্ষ হিংচাবা    চণ্ডভমদনা ফজবা ॥
জরাসন্ধ থৈত্তুনা    শেমথররবা কোন্নুংনি ।
বিশ্বকর্ম্মা বিজ্ঞান্না    লৈতেং ওইবা ঈথৎনি ॥
পাক্ল-চাউর সড়কশিং    নগর থুংনা শেম্নি ।
লম্লোং-কারোং লম্পাকশিং    মফম চানা থম্বনি ॥
লৈকোন মচা উপবন    মফম খুদিং লৈবনি ।
নিংথিজবা পাৎমপান    সিড়ি চল্ল থম্বনি ॥
উরা-রারী লশিংনা    ঈথকহোবা চাংজাউনি ।
সনা মচু চীংদোন্না    স্বর্গ মরূপ ওইবনি ॥
ঈথক হৌবা ঈপাক্লা    মখোং থম্বাল শেংবনি ।
মুমিৎ কোটি থোক্নুম্না    ঈপাক মৈরা থাম্বনি ॥
কোরৌ ঈপাক কূম্নকপা    চীয়া খেঙ্গোং লাংলকপা
তময়া কোরি চেল্লকপা    ঈথক-ঈরাউ নেম্লকপা ॥
সন্ধ্যার্তিগী খোঞ্জেল্না    থম্মোই মাঙ্গং খীংলকপা
হৌর' মোইবুং খোঞ্জেল্না    মায়গৈ তরা নিল্লকপা ॥
ঈপাক তাবা চেক্লানা    নূঙ্গায় মকোল তম্লকপা ।
কাওরেন কোঞ্জন মতমনি    থোইনা পুক্লাং হূরবা ॥
তারমদাইগী মুমিৎনা    মজিং চীংদোন য়েংলকপা

কায়নরমদাই রাখয়া অত্যা মায়খোং ভাঙলকপা॥
অরাবগী ফিজ্ঞংনা থম্বাল মায়খোং থুমকপা।
হুমিদাংবাই' থরাম্না মমিৎ তথক কুপ্লকপা॥
থারোমদগী শিংলকপা মলয়াদি নামিবা।
হৈনম-লৈনম য়েল্লকপা মতমনিদো অমুম্বা॥
যম্বী যম্নাউ খিবক্পা ময়ুম মায়গৈ পাংলকপা।
হম্বা হম্বা খোপ্লেম্না মায়গৈ পূম্বা নিল্লকপা॥
অহিং তাবী চেক্লানা অত্যা তুবং পাইরকপা।
হুমিদাংবাই মতম্মি মালেম ফিজোল হোংলকপা॥
খোঙথাং তফিং থাংহনা ব্রাহ্মণ দূতী চহলকখি।
নীংজৌং মাঙজিং রাখম্না মায়খোং লৈ-দা লুকচখি॥
খোঙভাকপগী য়াথংলো ব্রাহ্মণ দূতী চঙলকখি।
কোম্নুং মনুং চঙহনা কোম্নুং ফজ' উজখি॥
নূঙঙৌ নূঙপাক থাম্লবা চাঙনা লেম্বা খোঙজাওনি।
মায়খোং মমি তারবা নানথরবা ফক্লাংনি॥
স্বর্গই মনম ফাওরবা লিক্লাই মহী চেম্বনি।
গঙ্গা অনী লৈবগুম ঈরম অনী লংবনি॥
ভানু কাওঙা কয়ানা রাজপথই নাকলদা।
ঈরোয়হনা শাম্নরি থম্না থম্বাল মরক্তা॥
মচি মচি থূদিংদা লৈগী কুপ্ত লৈরিদো।
মথল মচু লৈনম্না য়েংলু' থূদিং শুম্নিদো॥
লৈকা কম্না শাৎলবা থরো থম্বাল থারিকথা।
পুত্রী কয়া লৈতেংবা থানি ফজ' করম'থা॥
রাজপথই নিংথিবা মিৎকম হোংবা য়াদবা।
নোং'দোন চুমথাঙ অতিংবা 'হুদই হেল্লি ফজবা॥

মহৈ মরোং থম্বৈক পিথ্রাই চান্দী পুংকৈদৈ।
থাঙনা তানা থম্নবা যোংনা শাবা লানগৈদৈ॥
চোঙঙাবোনগী মণিনা অত্যা থরাম্নিচাক্সি।
থাউমৈ পরেং পরেংনা গজমুক্তা পরেংনি॥
সনাতনা শারবা লাইগী মন্দির কোম্নায়নি।
মণি-মুক্তা থাম্নবা যেংঙমদবা মূর্তিনি॥
মণি থন্বা য়ুমথক্লা খুৎলাইদই হেম্না ঙাম্লিদো।
বাসুদেব মন্দিরনা পূম্নমক্কই থোইরিদো॥
শাযোকশঙদা ঙংলিদো শাগী মথল শুনদি।
উচেক শঙদা থোংলিদো উচেক মথল শুনদি॥
শুন্তার লাইদেল কয়ানা ঈরোযদুনা শাম্নরি।
ঈশিং শামু কযানা ঈপাক ঈথক হৌইম্নি॥
কৈরান শল্লুং কয়ানি কামধেনু পুম্নিবা।
শগোল সৈস কয়ানি শগোল খুদেং শোংলিবা॥
শামু মাহুৎ কয়ানা থৌদোক থৌজিন তৌরিবা।
সারথিসু কয়ান রথ দোলাই শেম্লিবা॥
বর্ণ মরি মওইনা ঈথং থন্না খুন্নারি।
পূম্নমক্কী ময়ায়দা যদু শাগৈ ঙাম্মোইরি॥
যদু শাগৈ মনুংদা বসুদেব উগ্রসেন।
লৈতেং ওইনা ঙাম্মোইরি বলরাম মদনমোহন্॥
লিনগী শাগৈ কাংবুনা ভোগবতী ঙাকপগুম।
মতিক লৈবা বাসুকী পৃথ্বী কোকথোং পুবগুম॥
দ্বারকা কোম্নুং ঙাক্লিদো মধু ভোজ দশার্হ।
বৃষ্ণি শাগৈ কাম্লদো কুকুর অন্ধক অরহ॥
ইন্দ্রই লৈকোন লৈরাংনা কোম্নুং লৈরাং ওইরিদো।
নিধি নীপান' কুবেরই কোম্নুং লনগৈ থম্লিদো॥

ঙৌর' শগোল বরুণগী সনা শাদোং ওইরিদো।
শক্তি সিদ্ধি ময়াম্না কৃষ্ণই লৈতেং ওইরিদো॥
সিংহাসন্দা সনাগী লৈতেংবিরি কৃষ্ণনা।
জগতমঙ্গল খনবিরি আদি পুরুষ মহাক্না॥

ব্রাহ্মণ ভক্ত অথোইবা ব্রাহ্মণ দূতী উবদা।
আসন্দগী কুমথরক জগত ভাক্ত' মওংদা

মালেম মপু মহাক্না ব্রাহ্মণ পূজা ভৌরকখি।
পীজ-পীথক সেবানা অরা 'পুম্বা কাউহনখি॥
অতিথিবু নীংজবা মানা মখোঙ নোইবিখি।
ব্রাহ্মণ মশক খঙদুনা কৃষ্ণ মরম হংবিখি॥
"হে ব্রাহ্মণ-ও অথোইবা পুক্নীং হকচাং অনীনা?
মতম লৈবা খিবিক্না লৈব্রা অরা' নংদনা??
নশাই ধর্ম্ম ভাক্তুনা খুদোংথীবা লৈতনা?
লৈব্রা ধর্ম্ম কায়দনা খর লৈবা পেন্দুনা??
অশাউ' নাপল লৈতবা লমচৎ শাজৎ চুম্বদা।
পেন্দুনা লৈ ঐহাক্তি নুংশি উৎলি মখোয়দা॥
লৈবাক নিংথৌ শাসন্দা পেম্না লৈব্রা প্রজানা।
প্রজা য়োকপা নিংথৌদি চাল্লি খঙভ্ ঐহাক্না॥
সমুদ্রদি তম্লকপা মরম হায়মু ঐঙোন্দা।
থম্পা য়াবা নত্র'দি করি তোগে হায়মুদা॥
ব্রাহ্মণ পাউদি তশেংবা ফরেন ফবা লৌনৈদো।
কৃষ্ণ ঐগী পুক্নীংদা ফ'ওরিবসি লাল্লোইদো॥
ভীষ্মক নিংথৌ মহাক্কী করম বায়েন থৌদানো?
য়েরুবগী করম্বা হুয়েন লাল্লোং লৈবনো??
অছু নত্রে হায়রগা রাজকুমারী মহাকী?
করি নুংশি পাউজেল্লো নুংশিথোইবী থম্মোইগী??

চিংন-পরৈ থাংগনু
চুম্না রাকম পূম্নমক
হায়রন' তাম্বা কংবদা
চিংন-পরৈ থাংদনা
"ইকাই থীবী রুক্মিণী
নুজা মাগী পাউজেন্দি
'হে মদন মোহন-ও
নশক নত্তৌ নগুণদো
নগুণ তার' ভাওথ্রবা
নশক উরু' মিকুপ্তুই
মৃগয়াদা লুপ্পশা
উথি' শক্তম অদুতা
ইকাই ইকি হুন্দোক্লা
নুংশি নঙগী নকাদা
শক্তম শাগে শাজত্তা
কনবা থোবা বিস্থাদা
নঙবু উবা পুক্নীংনা
নঙবু কাউবা মথৈনা
গুণবু চেনবা নিংথিবী
মথোক-কারক' মতমদা
ইকাই-খঙদে হায়ঙম্মী
দোষ লৈত' কন্যাবু
ভক্তই মথা পোল্লিনে
ভক্ত ঐনি নহাক্কী
লোশিনবিরো কচ্চরি
চঙজরকপা কনবীবা

হে ব্রাহ্মণ-ও অথোইবা।
হায়রবু থম'নু অবাংপা॥"
ব্রাহ্মণ পাউবু তমজখি।
য়াম্না রাখোঙ শাজখি॥
নুংশি পাউতমজরক্লি।
অশুম তম্মু মেল্লক্লি॥"
ইনাকোংনা তাজখি।
তাবতদা ভাওজখি॥
নুজা ওইবী ঐহাক্লি।
নঙগী ওইখে রুক্মিণী॥
অচম্বাগী বন্দুদা।
য়েক্রে ঐগী লাইয়ুমদা॥
থম্মোই পাওদম পীজরি।
নুজা থম্মোই কচ্চরি॥
লৈফম লনগৈ লাল্লোংদা।
নঙগুম' লৈতে মালেমদা॥
শাম্নি ফংনা নুংঙাইরি।
অরা-মৈচাক ফংনরি॥
নুজা কনা লৈগবা!
নঙগী ওইগে খন্দবা!!
নুজা ঐবু খনবিয়ু।
নঙনা হুন্দোকপিগনু॥
হায়না তাজৈ ঐহাক্লা।
ফংগে নীংজৈ নুজানা॥
পুক্নীং হকচাং নত্তোন্দা।
চঙজরিদো থুম্নাদা॥

মতম অসুক কুইবসি নোংমা ফাওবা কাউজদে।
লোৎপা হৈবা কাউগনবা সুজা ঐবু নিংশিংদে॥
মনুং মতম ওইবনা লৈবাক মিংয়েং চঙলক্লে।
লৈবাক মায়াম ফোংদোক্লা সুজা ঐবু থাজরে॥
শিশুপালদা শিন্নরে নশরুকপু শাগৈনা।
নোংশা শারেন শরুকপু শোকহনবি'নু শামাংনা॥
পূজা-ব্রত কায়খিদ' ওইরবদি ঐহাক্লা।
ঐগী খুজেং পায়সনু ভগ ওইবা নহাক্লা॥
মতম কুইনা নীঙলক্পা সুজা ওইবা ঐহাকা।
ফোংজরেদো আশাদি থোজাল ডাইক্লে নহাক্কী॥
চেদি নিংথৌ মপারী শিশুপাল কৌ' নিংথৌনা
ঐবু শোকঙমদসনু কল-লো ঐবু নহাক্লা॥
হে অতোপ্পনা ঙমদবা লুহোং' মমাঙ রুমিত্তা।
লাকপিদুনা কুণ্ডিন্দা' য়ৌ'বরকউ ইনাক্তা॥
শিশু' জরাসন্ধগী তেঙ্গোল পুম্বা নৈহৎনা।
ভক্তি' মমল ওইরবা ঐবু লৌরো নহাক্লা॥
পাঞ্চজন্যা খো দুনা গরুড়ধবজ তোংলগা।
লেঙবিরকউ মুরারী ভক্ত কনগে খল্লগা॥
নঙগী বাহন ওইরিবা বিনতাগী মচানা।
অমৃতবু হুবগুম চন্দ্রলোকি চত্নুনা॥
হুরো ঐবু নহাক্লা লমদম 'সিদা লাক্নুনা।
করম্নবু হায়গনি সুজা ওইবা ঐহাক্লা॥
শক্তা গুণদা বাৎলবী লাইবক থাবী সুজানা!
ইশা করম থাগৎনি অমৃতগা চাংদম্ন' !!
লৌরুং পায়বা নহ'ন্নি কংসবু হাৎখিবা।
মধু রথী হাৎখিবা মধুসূদন কৌরিবা॥

'মরী-মতা হাত্তনা মঙবু লৌবা ওইথোক্কে।
খনবিগনু অরেম্বা উপায় শুক্লি লৈতরে॥'
শাগৈ মৌ ওইদোবীনা কুলদেবী লাচ্চবা।
ইপাইপু হাক্তক্তই চংনরক্লি অরেপ্পা॥
গৌবা পূজা লাকপদা ঐবু দর্শন পীবিয়ু।
লুহোং পূঙকম য়োবদা ঐবু রুপা তৌবিয়ু॥
মিৎয়া থম্বাল মানব-ও শঙ্করগুম্বা চাউরবা।
মহাপুরুষ কয়াম্মু আম্মা শুদ্ধ লেরবা॥
খূযা খাগী উযুনবু লাউনা ওাইজে খোঁরাংনা।
ব্রত কৎনা নীঙজগে মপোক কয়া পোক্লুনা॥
নচুগী চরণ ফংদ্রিফাও' থরোয় কয়া থাজুবে।
গৌরাগুম্না থাঙচনা লাইনিং পরৈ চেঞ্চগে॥'
দূতী ব্রহ্মণ নোঙ্গৈদে রুক্মিণী পাউদুবু।
কৃষ্ণ মুন্না তাবিথ মশি মাগী পাউদমবু॥
'হে যদু বংশমনি তমজরিবা পাউশিনি।
বখ্রা মহক্কা মুংশি পাউজেল অ'সনি॥
লপা তৌগে নেঙ্গম্বা লোইনা খঙবা নহাক্লি।
অপানচুবা তেংবু ননই'কার চুংৎনি॥
পূজা মাগী পদম্বু প্রভু কাদা তমজরে।
হজা মাগী যম্বু ননাই ঐনা পাঙজরে॥
শেলবদই শেংনবা কুঙন কন্যা রুক্মিণা।
মাগী ভাগ্য বিধাতা ভগ ওইবা নহান্নি॥
রুক্মিণীগী মতোসে অহং কযা তুমদেদো।
যেংহৈদরে করম্মো মুংথিল কয়া কপ্পিদো॥
কৃষ্ণ নাম্বু শোন্দুনা গোপী ফিজ্জেৎনখরে।
বাঁসী খোঞ্জেল তাবদা গোপী ককতাওনখরে॥

মেরা থাবল উবদা থাদা চিরোল তৌজেদো।
নোংচুপ পাংবা থাজদা ছায়কা য়ৌত্রা হংজেদো॥
চৌংদা বন্দা চত্তূনা অচিকপদা লেপ্লিদো।
চাদ-থক্ত-মক্তনা খ্বাঙগোয়-থাখুম ছিকথরে॥
অমরোমদা মপানি ভীষ্মক ধর্ম্ম লৈরবা।
অমরোমদা মবুংনি রুক্মী মরিল থাররবা॥
যুবরাজই খুজিলদা য়েৎঙমদনা চংলবা।
অহল ওইবা ভীষ্মক্কি পূক্নীং কৃষ্ণ শোঙ্গবা॥
খূর্জী পায়বা নহাক্কি অপাম'দুতা তৌবিরো।
রুক্মিণীগী মকাদা করি তম্মূ তাকপীরো॥



# ৫ শিশুপাল বর লাকপা

কুণ্ডিন লৈবাক নিংথৌনা    মজা অহল রুক্মীগী।
খুজিল থৌরাঙ লৌহুনা    মজা হুংশি মকুগী॥
পাত্র-মন্ত্রী তাননা    হুংশি মমোম লাংলেনবু।
শিশুপালদা 'হোঙনবা    থৌরাঙ লোইখ্রে থুনবু॥
কুণ্ডিন ফিজোল হোংখরে    ফিরাল লৈতেং শেত্তুনা।
হৈ-লৈ-চন্দন-ধুপ-থাউমৈ    য়ুম খুদিং লৈতেংদুনা॥
সীতা সয়ম্বরদুদা    জনক নিংথৌ 'শিনখিবা।
হম্বখিদে মাদুদই    ভীষ্মক নিংথৌ' লাঙখিবা॥
রাজ-পথ-লম্নোংফাং    লৈরক-খুল্লক অপুম্বা।
উফুল-রাইফুল ফানবা    ঈশিং খিকখি লৈনম্বা॥
মচু মথল মওংগী    ফিরাল মচা অচোবা।
থেংখি ফজৈ নীংথিজৈ    য়েংবা পূক্নীং হুরবা॥
নূপী নূপা ওম্নমক    কৃষ্মে য়েংগে খন্দুনা।
তরু-তহেন থোরকখি    চন্দন ফিজেং লৈতেংনা॥
থোঙ্গাল হোজং কয়াদা    লফূ পাম্বী য়ুংনখি।
ঈশিং থনবা পাত্রশিং    মফম খুদিং থম্নখি॥
ধর্ম্ম লৈবা ভীষ্মক্না    ব্রাহ্মণ কয়া পীজখি।
মতিক চাবা পোৎলম্না    পাত্র মন্ত্রী পেলহনখি॥
পূজা ব্রত হৌখরে    বেদ নিয়ম কায়দনা।
মপা-মপু লাইয়ামগী    পূজা হৌরে মন্ত্রনা॥
পূক্নীং হকচাং শেংলবা    উখি কন্যা ফজনা।
ফিজেৎ লৈতেং খিবিক্না    লৈতেংখরে রাত্তনা॥

কন্যা ফংবই রাথম্না পুক্নীং তম্যাং তম্যাংনা।
লেংথোরক্রে শিশুপাল হরাও মোমোন নোক্নুনা॥
পুঙ-শেল যম্ন য়েত্থনা সিংহনাদ লাউড্রুনা।
তেঙ্গোল পুম্বা লাংখরে পেরে শিঙ্গা থিঙ্গাম্না॥
সৈন্য পাম্বা রাবণগুম লাম্মী তেঙ্গোল লোয়ননা।
বর যাত্রা তৌরকখি কুণ্ডিণ নগর তমত্থনা॥
নো খোংবগুম লম্নবা শামুশিংগী খোঙ্গেন্রে।
বজ্রতাগুম য়াক্লবা শগোলশিংগী খোঙ্গেক্লে॥
মশিং থিঙমখিদ্রবা তেঙ্গোলশিংগী খোল্লাওনে।
পাপা তাপা মীওৎপা হিচাবগী ভাইনে॥
পূবা খাঙবা ঙম্নক্রে শেষ কৌবা লিন্দ্রুনা।
পৃথ্বী থক থক নিক্লক্রে মায়হৈগ শলাই খঙদনা॥
দোলাই শেকপিন মথক্তা অত্যা খেৎনা পাইরিবা।
ফিরাল লখা কয়ানা লৈচিল পা থক ওইরিবা॥
বরিষাগী নোংখোংগুম পৃথ্বী থক থক নিকহনবা।
লুম্ন' রথ চকানা মখোল থোক্লা চৎলিবা॥
লোংথাঙ জগোই শাবগুম কুপফেৎ কাফেৎ ঙাম্লকপা।
থাঙজা নম্বু মহোম্না ম্নুনিৎ মায়োক্লরিবা॥
পাইখৎলকপা উফুলনা অত্তা মকোয় কুপখরে।
ম্নুমিদাংবাই মতৌগুম কোরৌ মমি শামখরে॥
ঈপাল থাগী মতমদা ইমায় চোনবা তুরেলনা।
ঈপাক পম্বুং তম্বদা লম্বা লমশাং শম'গুম্না॥
য়াঙবী পাবা তেঙ্গোলনা উমং রামং শমত্থনা।
য়োরক্লেদো কুণ্ডিন্দা হায়ন' মতম ঙনখৎনা॥
মমা রানী মাঙদথা মনাইশিংগা লোয়ননা।
বর ওকপা থোরকখি মঙ্গল পীগে নীঙত্থনা॥

বেদ নিয়ম কায়দনা মৈপী পূজা ওকহনখি।
অক' বর পীহুনা বর লৈকম চঙহনখি॥
বরই মিচং য়াওজখি জরাসন্ধ অকনবা।
সভা লৈতেং ওইজখি বিদূরথ শালব॥
দন্তবক্র পৌণ্ড্রক নিংথৌ ময়াম কোয়হুনা।
নিংঙাইদনা লৈখোকখি খেংঙমা লাম্মা লোয়ননা॥
খোইমু ময়াম ইনবগুম মচুম তাবা শামুদা।
নিংথৌ ময়াম ইজখি শিশুপালদি বরদা॥
লাকপিরিবা পূবগী লৈফম চাফম পীহুনা।
অরাং-অপা লৈহন্দে ভাম্বক মরল লৈবনা॥
চানিং-থকনিং পুম্নমক রস শুনা পাবেদো।
তুমিৎ-কাংদই ব্রহ্মাণ্ড মনাং তম্না লৈরেদো।
অতাওবনি জগত্তা ভাম্বক মাগুম লৈজেদো।
পীথোক্লগা পেঙবা মাগুম ধর্ম্ম লৈতেংদো॥

# ৬ রুক্মিণীগী চিন্তা

অনোমদনা কমদৌরি   কন্থ: ওইবী রুক্মিণী।
অহিং চিন্তা তৌজরি   থংলেন ঙাইবা লক্ষ্মীনি॥
দূতা ব্রাহ্মণ অহুনা   মতম চানা য়ৌরক।
বাজৈ মুজা কোন্নংদা   অশেং' মরম খঙমদ॥
বাখল লংজিন পূনশিল্লক   মওল-মওল থল্লক্লে।
তাংলৌ লৈন থেংজিল্লক   র'বোল চাদা হৌরক্লে॥
"দোষ 'মত্তা লৈতবা   ঐগী ওইবা কৃষ্ণনা।
চিঠি অহু ফংবগা   ঐনা পাউবদা চাননা॥
চৎমিন্নগে হায়দুনা   ব্রাহ্মণ মাবু থাম্বরা ?
ঐগী দোষ উদুনা   চৎলোই হায়না লৈবরা ?
ওন্ন-তৈন' য়াথংফং   ঐবু শিনি থন্দুনা।
ব্রাহ্মণ মাপু লাওব্রা   ঐবু পামুই থাদুনা ?"
তরেৎ তরা থল্লগা   রুক্মিণীদ লংখিবা।
হকচিকলাংগে হায়দুনা   থে'রক্লেদো তনৌবী॥
থাবল ফিজৌ ফৌরক্লে   ফিজৌ ঈথক হৌরক্লে।
শংবান' অত্যা মকোয়দা   থাজ মোমোন নোক্লক্লে॥
শম্নাংলক্তা ঙাম্বগুম   চে'ইজাইনবা মুক্তানা।
তনিকহল্লে কোকসেনকোন   থবানমিচাক পালানা॥
নোংইন মাগী মশিগ্নাং   থাবল ঈপোম মরক্তা।
মনীংতম্না পাইরক্লে   লম্নাইদবা মালংদা॥
অহিং-তাবী চেক্লাচা   ওম্না য়াকায়নরক্লে।
মুংশি-মুঙোল মারীশা   তুমা তুমা পাইরক্লে॥

থরো-থারিক-থাবল্লে চীঙনা লেম্না নোক্লক্লে।
ইকাই ফিরুক হাংতুনা মথংলেনবু য়েংলক্লে॥
থরো মতৌ উবদা উনা ৱানা খিবিক্লা।
ৱারা লাউনা নোক্লক্লে মালং ঈঙ্গিৎ লৌত্থনা॥
পূকচেল তপ্পী ঈপাকস্থু ঈরাং অত্থ খঙতুনা।
ঈথক চাউনা য়াওল্লে কুম্মৈ য়েংগে নীঙত্থনা॥
মতোক লীশীং ফন্দোকপা ময়াই কাবা শেষনা।
হন্নাও জগোই শাবগুম নোয়রে জগোই ইথক্লা॥
পাৎপান শাৎপী শিংঘারৈ লৈরাং থৃজোক চাইথজৈ।
মনাপূঙবী থাবল্লে লৈনম চাউনা মীনোকচৈ॥
নূঙ্গারৈদি ববোক্লে হাইনা হুম্না জগোইজৈ।
কবিরৈদি গুলাপলৈ লৈকা ফম্না শাৎকাইজৈ॥
কোনুং লৈকোল লৈরাংশিং মখল শুনা শাচ্চেদো।
পাৎপান লৈরাং তেমশীঙন লৈনম চাউনা নোকচৈদো॥
গজমুক্তা পরে গুম ঙাল্লিবদি থাউমৈনি।
অহিং নুংথিল খেন্নবা লৈতনা ঙানবা কোমুংনি॥
নুংথিল ওইরে খন্দুনা খোইমু কয়া থোরক্লে।
লৈরাং লৈহি থিদুনা মায়গৈ থৃদিং পাইরক্লে॥
লৈনম্নবা থাউমৈশিং লৈরাং ওইনা শাৎপনি।
মমায় থকপা খোইমুশিং পাইশিল্লুবা কোঙ্গায়নি॥
লৈথক-লৈখা-লৈনূঙদা মনিমুক্তা চাইথোক্লি।
শংবান্নবা ঈপাক্তা মুক্তা কোঙ্গোল তাউথোক্লি॥
অরাপ্পদই খোংলকপা মির বাঁশী খোঞ্জেলগা।
অনকপদই শক্লকপা ঈচেল ঈশৈ স্নুরগা॥
খুল্লক্তগী ঙংলকপা কায়ন-ঈশৈ শৈহেক্কা।
লৈকোন্দগী তারিবা কোকিল শৈহেক খোন্থাংগা॥

অমত্তা ওইনা তাররি তালস্থ অমত্তা ওইররি।
খুৎশেম দৃশ্য প্রকৃতি অমত্তা ওইনা ফজরি॥
কোমুং নৈরাং রুক্মিণী নৈকোল নৈরাং ওইররি।
মুংশি মৈচাক ফংলবী মুংশি মৈচাক হাপ্লরি॥
হকচিক লাংগে থোরকপা থম্মোই মৈচাক হাপ্লরি।
অহিং লিক্লানা য়ৈরগা অহোয়ননা চাক্লরি॥
তবা' নৈচিল উরগা রাখল বিন্ধ্যা লান্‌খরি।
নোংইন দোলাই তোংদুনা দ্বারকা থাজ য়ৌখরি॥
থাজ লোৎপা উদুনা মুংশি ঈখৌ লাংলক্লে।
পুক্লীং অত্যা মকোয়দা মুংশি শৈশক তম্লক্লে॥
"মাল' পানগী থাজও তপ্পা তপ্পা ঙাল্লক্লো।
মুংশি ঈপোম হৌহল্লো নৈরাং নৈকা ফলহল্লো॥
শরত থাগী থাজও খোইকম মোমোন তৌরক্লো।
তাইবং পুক্লীং মাঙহল্লো 'য়স্বা পায়মা হোংহল্লো॥
অহিং ঙানবা থাজও থংলেন মাঙ্গ পাম্মুবী।
মুংশি ফিকক হাংজরে নৈরাং থবো শকহেনবী॥
ওইন চাউবা থাজও ইংল' নঙাল মরক্তা।
মুংশি মৈশা লোৎপরা থাবল ঈপোম ঈয়ায়দা॥
মুংশি খঙদ থাজও নোংইন কৌবী চেক্লাগী।
নীঙদে নঙদি মুৎপিগে অব্রা' মৈচাক থম্মোইগী॥
নাউকোন্দবা থাজও শজিক থবা নতুং-ইন।
হম্মা মক্তা য়েংবিদে অত্যা মকোয় খুংন-চেন॥
মাল.পানগী থাজও মুংশি মপাউ তম্বিরো।
মুংশি মৈচাক মুৎনবা মুংশি ঈরা খিক্লরো।"
মুংশি মপাউ ঙাইবদা রাজরবী রুক্মিণী।
মাগী কাদা চঙদুনা কপচত্রবী কল্যানি॥

মণ্ডল মণ্ডল খল্লগা ন্নুংওল্লবী মুজানা।
লাইবক নিন্দা ভৌরকই "চানবিদরে নো দম্না॥
ঐবু তায়োম্নবিরে কুলদেবী দুর্গানা।
নীংবা 'পূম্বা ওম্নরে মাগী কৃপা ৱাংপনা॥
থম্মোই কনবী গিরিজা ঐবু ন্নুংশিবিদ্রেদো।
নুংগী শক্তম ওইবনা নুংগী থম্মোই পানদ্রেদো॥
সতী কৌনা পোকপা ঐবু শিরো খনদ্রেদো।
সতী ওইদে ঐহাক্তি অসুম্নবু নীংদ্রেদো॥
কান্নদ্রবা মপোক্তি ন্নুজা ওইবা ঐহাক্না।
অরা' নন' পোক্লকপা অদোম্নি ঐহাক্কী॥
অস্নুম্নবু কপ্পুনা শিনা খবাক চোংলব।
ৱান্থখরে রুক্মিণী থগদা থম্মোই হুত্রব॥
ৱান্থবনা পোগাবা ওইরে মাগী মশিং,।
উগ্নে খম্নাল মথেদা॥



# ৭ বলরাম কৃষ্ণ লেঙলকপা

ব্রাহ্মণ মপাউ তাবদা
কৃষ্ণ থোইনা পেনবিখি।
ব্রাহ্মণ মখুৎ পায়ম্ভনা
সুজাগুম্নে হায়বিখি॥
মেঘপুষ্প বলাহক
সুগ্রীবদি শৈব্যনা।
চিংবা রথ থৌনবা
কৌবে দারুক থিন্দনা॥
শেল' থম্মোই হুগনবা
মচা মনাই চানবিবা।
নংলা তৌগে নোংম্বা
মামমপু কেশব॥
রস মদা লৈডম্বা
মরৈ লীশী পাল্লবা।
শেষ কৌবা ভক্তনা
শোনবদস্তু রাংলবা॥
ভক্তই রাবা য়েঙমদ
মনাই নীঙবা থুংহনবা।
রসংপু রসরাজ
রাসেশ্বর মাধব॥
রুক্মিণীবু চানবিরে
ফর' লক্ষ্মণ পীবিরে।
রাজ কথাই মঙলান্দ
কৃষ্ণ দর্শন পীবিবে॥
ঙাংদি তম্না লাক্কুনা
মিংম্না থম্লাল পাঙলকই।
মণি ফবা লিনগুম্না
থম্মোই তয়াং তয়াংই॥
ওইগী পাম্বাম তম্ন চোং
ওইগী ফৈবোম লেঙলকই।
ওইগী চেংলৌ চিন-চোং
ওইগী থাবোম নিক্লকই॥
মলয়াদি ইংন-শিৎ
হৈনম-লৈনম য়েল্লকই।
থুম্ন' খোংজেল তম্ন-তা
কোকিল খোন্থা যৈরকই॥
পাক্ল-চাউর ঈপাক্তা
লম্মাঙনবা হি-হোনবা।
নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা
হিংবই আশা লৈত্রবা॥
মপুই থৌজাল ভাইদুনা
লেপ্পা লৈত' হোঙ্গবা।
নাইতোম তাবা যাত্রিক্লা
ধ্রুব-তারা উরকপা॥

মাগা পাংথক ওইরবী রুক্মিণীনা য়েংলক্রে।
থম্মোই অত্যা মকোয়্দা ধ্রুব-তারা উয়ক্রে॥
অহিং তাংলৌ থেঙবদা কোম্মু' মম্মুং চঙহনা।
কৃষ্ণ লাক্রে তম্নবা লাকই ব্রাহ্মণ হয়াওনা॥
ব্রাহ্মণ খোঙথাং তাবদা ধানবু কায়রে রুক্মিণী।
তরাম তরাম ওক্লুনা হয়াওখিবা মহাক্নি॥
মায়থো খোঙথাং উবদা হাম্না থঙথরবীনি।
নুংশি মপাও তানীঙবী খেঁয়াংলবী লক্ষ্মীনি॥
পূর্ণীং মকা লামহুনা পাম্মু মপাউ হ তখি।
ব্রাহ্মণ দূতী হয়াওনা কৃষ্ণ লাক্রে তমতখি॥
চানবিরকপা তাবদা নুংছাই' পিরাং শিন্নরে।
করি পীনি থনতমদ লক্ষ্মী মান লোনবীরে॥
অহিং অমই মনুংদা অনাতুদি হুংইনা।
বিদর্ভদ খোঙদারৈ অন্তর্যামী মহাক্না॥
অরা শক্তম্ররবা অহি মতম লোথরে।
আশা ময়োল ওইরবা উষা রানী থোরক্রে॥
লাইরেল লাবা য়াওরে হুইখৌ লাবা চিংথেহনে।
নোংদোন কোরৌ-হনবগী তংলোয় মশেক কাওরক্রে॥
গরুড় ধ্বজ তোংহুনা শারঙ্গবু পায়রবা।
প্রভু যাত্রা তৌরক্রে বিশ্ব শান্তি থম্নবা॥
পাঞ্চজন্য মোইবুংগী মঙ্গল মশক ওইরবা।
খোঙেন তারে কোকচরে অরা অনা অকিবা॥
খোঙেন অত্থ তাবদা মিতন চেঙ্কুম চেঙ্গাইনৈ।
পাপী তাপী খিবিকী থরায় মপান মথোক্লে॥
ধর্ম্ম লৈবা থৈনা খোয়থুম্ননা তাবনি।
পাপী 'ওং' কাওবুনা নাকোং মথেং তাবনি॥

লোইনা থওবা বলরাম — মনাও থৌরাও থওলেদো।
কুণ্ডিন কল্যা মগুংলাং — চেদি থুজিল উরেদো॥
শক্তি থোনা থওদ'সু — মনাও'থুঁঙো মহাকী।
থোঙলেঙলকখি বলরাম — মথো লৈরি মহাকী॥
শগোল শামু রথগা — লাপ্পী ভেজোল লোয়নননা।
থুদোন-লাজোল-থূৎশূবা — যাত্রা তৌই খিন্দনা॥
বলভদ্র কমবা — জগত শান্তি লিংনবা।
লীলা তৌকয় মতাংথোক — লেঙতৌ কৃষ্ণ ঙাক্লবা॥
মনাও মঙ্গল পাঁগে-নাঙ — দুংশিৎ মমাঙ থাবক্লে।
যদুপতি থোঙ্গল-লৌ — কুণ্ডিন নগর য়োৎক্লে॥
ইপুং শোরা তৈবকাল — কুণ্ডিন মপু ভীষ্মক্লা।
রাম-কৃষ্ণ অনীনা — লেঙলকপবু ভাহনা॥
অস্নমবু থঙখি — "ঐগী ইমোম লুহোংবা।
নংন' লাকপা ঙসি'সি — কৃপা পীরে অশেংবা॥"
পুঙ-শেল শেনবুং তনয়ৈয়ৈ — পেরে শিঙ্গা থোঙ্গনা।
থুদোনপোৎকা লোয়নননা — পূজা কচ্ছে হরাওনা॥
ঈশ্বর ভক্তি লৈরবা — লৌশিংলবা ভীষ্মক্লা।
যদু শাগৈ থোঙলোয়রবু — সেবা তৌবৈ নোঙ্গুক্লা॥

---

# ৮ গিরিজা পূজা অমসুং...
# শ্রীকৃষ্ণগা রুক্মিণী পুখিবা।

তৌব-ঙম্বা লনলৈবা
চহি পাঙ্গল য়েংদুনা।
অরাকপদি খুদিংবু
মতিকচাবা পোংলম্না॥
অথুম-অহাও ফি-রোলদি
লৈফম চাবা পীদুনা।
সেবা নিয়ম কায়দদা
পেহ্লশিঙ্গেদো নিংথৌনা॥
য়েংবই পেনবা নাইদ্রবা
নিংথৌ ময়াম পৈরেদো।
থিবই লোইবা নাইদ্রবা
লাম্মী মরি লৈরেদো॥
পুন্নমক্তই থোইরবা
তেঙ্গোল ঈপাক ঈয়ায়দা
থম্বাল অনী শাৎলিদো
গরুড়-ধ্বজ মখোঙদা॥
কুণ্ডিন মীপুম খুদিংনা
লৈপাম' থোইমু ওইদুনা
রাম-কৃষ্ণ থম্বালবু
লৈহি চুপ্লি য়েংদুনা॥
অউ' খুদিং শোন্নরি
"চূনৈ কৃষ্ণ রুক্মিণী,"
অশিং' খিবিক ঙাঙনরি
"পক্তে শিশু রুক্মিণী॥"
বিধি ব্রহ্মা নোংদম'না
শেম্লরবা লৈপুনবু।
কনাই মতিক লৈরিবা
থুগায়নাঙবা মাদুবু॥
উবতদা খঙনবা
নোংদম মাগী থৌরাঙনি।
মিৎয়েংতনা ঙাঙনবা
বিধাতাগী খুজিলনি॥
রাংলেন পুর্ভক্ষম য়োবদা
লাম্মীশিংনা ঙাক্তুনা।
দুর্গা মাতা মন্দিরদা
পূজা লেঙলে কন্যানা॥
কৃষ্ণ চরণ নীঙদুনা
ভগবতী ভবাণী।
ইমা মাগী দর্শনগী
লৈতারিদো রুক্মিণী॥

খিজাম্বা যোইষুংগা — তাম্বা মাইবা মৃদঙ্গ।
তুরহী ভেরী ধুলোকা — ঈশৈ যন্ত্র খোম্বাংগা॥
জয়-ধ্বনি লাউম্লা — কাইদ কাইদ লেঙলক্লি।
চেংলো লৈ-দা থমদুনা — থম্মোই কৃষ্ণ নীঙজরি॥
শামু খোঙথাং ঙমজনা — তপ্না লম্বা থাংজরি।
ঈখো লাংবী কাঙনা — মানস-সরো তমগুম্লি॥
যৌবনগীদি ঈথক্লা — তাংথক নাইনা নিংথিরি।
মিপাই চাওবী ঈপোমগুম — মমুং মপান তমিক্লি॥
সুত বন্দী মাগধ — ঈশৈ হৈবী শকচরি।
কবি পণ্ডিত কয়াস্থ — কন্যা মণ্ডপ থাজরি॥
বাংলেন পুঙকম কায়দনা — দুর্গা মন্দির য়োরক্লে।
বায়েন খঙবী ব্রাহ্মণী — ভীষ্মক কন্যা লমজিংলে॥
শেংল' ঈশিং হৈদুনা — আচমণবু তৌজরে।
শঙ্কর-দুর্গা খুরুম্না — লৈশি-লৈথোন হৌজরে॥
"হে অম্বিকা মাতাও — নতম্বাক্তা লৈরিবা।
নজাবুঙো গণেশপু — শামু-মায়খোং থম্মানবা॥
শক্তি ওইবী নঙথুস্থ — হয়া হয়া লৈতাজৈ।
আশীর্ব্বাদপু পীবিয়ু — হয়া হয়া খুরুমজৈ॥
মদনমোহন কৃষ্ণবু — ইপুরোইবা ওইজগে।
চানবী হৈবী ইমাও — নচাই নীঙবা থুংজগে॥
মৌনব্রত ঙাক্লিবী — রাজকুমারী মহাক্লা।
পূর্ণাবতার কৃষ্ণবু — ফংগে হায়বা নীঙদুনা॥
পুক্নীং অনী লোঙদনা — দুর্গা পূজা লোইজরে।
তোঙান তোঙান গণেশ — শিব পূজা কচ্চরে॥

হৈরাংলৈরাংধূপচন্দনসনাফিগেলৈলৈতেং।
পানাতাঙ্গহৈতাঙ্গতিংথোখাউমৈচেংথোইদিং॥

পূজা পোৎলম শুমকৎ আরতিবু কচ্চরে।
পুরুষীং হকচাং হরাওনা মন্দিরদগী থোরক্লে॥
ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণ খুরুম্না মঙ্গলবুদি নিজরে।
দুর্গা পূজা লোইহনা মৌনব্রত থাদোক্লে॥
মুক্তা থাম্বা খুদোম্না লৈতেংলবা মথুৎনা।
মনাই সেম্বু পায়হনা কাঙও খোঙথাং ঙমজনা
কাদই-কাদই থোরক্লে সুংশি মায়গৈ য়েংহনা।
নিংথৌশিংনা য়েংজরি মিৎকুপ্নিদি খঙদনা॥
ভগবানগী মায়াগুম অকম্ববু শুম্মাৎপী।
লৈবাকলৈগী মতৌগুম লৈতঙ্গায়বু থিনগাইবী॥
খাঙদা নীঙদা নিংথিবী মায়থোং থাজ ফজবী।
যৌবন ওইবা মওংবু থবাক্লদি ফোংদোকপী॥
মায়থোং থাজ খনবদা চোইজাইনবা শন্নাংনা।
চঙগদৌরে য়াকৎপী খম্ন্রাংচাকী মিথয়েংনা॥
মোমোন নোকপা মীনোক্তা তয়াল ঙমজ' চিম্বান্নি।
চিম্বাল মমি ভারবা কুন্দো পরেং য়াঙৌনি॥
খুজিনাশি নূপূরগা লৈমায়থক্তা চৎপদি।
খোং'না চৎপা কাঙঙগা পাংখক ওইরে চাংদমদি॥
থম্বাল লৈনম ফংবদা খোইমু কয়া ঙাওনরে।
রুক্মিণীবু উবদা নিংথৌ কয়া তুনরে॥
লেম-না ফজ' মীনোক্না নিংথৌ কয়া শুম্মাৎলে।
ইকাই' উৎপা মিথয়েংনা খুৎলাই কয়া তাহল্লে॥
য়াঙ্গোই লাঙ্গোই শাথৌশিং জ্ঞানবু পুম্বা মাঙহনা।
লৈমায়থক্তা তারক্লে খুৎলাই ঙম্না থাদুনা॥
মকোই হৌদ' নিংথৌশিং মকোই হাপ'না লাকচবা।
রুক্মিণীবু য়েংবদা খঙদে মকোয় তাখিবা॥

মকোক ভাওবা নিংথৌশিং  হমাং শৌরে হায়রুনা।
নুহূপ লৌথোক' থমজবা  কন্যা য়েংনীও'মজনা॥
নুহূপ য়াওদ হৌগৎপা  নোকুখিবা কোঙ্গায়নি।
নুখমলোমদা কৌরুবা  মমায় থকপা কয়ানি॥
সয়ম্বর মুমিত্তা  খুজি' মুয়া য়েংহনা।
রাম দর্শন ফংবগুম  জনক কন্যা সীতানা॥
কৃষ্ণ য়েংনিং কন্যানা  নিংথৌ পুম্বা উদনা।
মায়দা ভাবা শয়াংবু  খুৎনা ভগ্না হাইদোক'না॥
ঈথৌ লাংবী নোংগোবী  নোং'দোন লাইজ ফংবগুম
মিৎকম হোংদ' য়েংজখি  শেষ 'থক্তা লৈবগুম॥
রথ 'থক্তা কানিংবী  রুক্মিণীদি মহাকপু।
যদু পতি কৃষ্ণনা  থৌওইদনা ময়ামবু॥
লমহুই শায়াম্মাঙদগী  নোংশা শরুক লৌবগুম।
গরুড় থেৎপা রথদা  হাপখি রথ লৈতেংগুম॥
জরাসন্ধ শিশুপাল'  মিংচৎ পুম্বা মাঙখরে।
মতুং ইনবা নিংথৌশিং  মমিৎ পাঙনা তাঙখরে।
জরাসন্ধ লাউরক্লে,  "ঐখোয় অসি তোক্লিদা।
লিরুং পায়বা কান্নদ্রে  ঐখোয় থাইগী মাঙমক্তা॥
থৌদোক অসি থোক্লেদো।  নোংশা নিংথৌ মাঙদগী।
পুন'না চৎলে শজিনা  শারেল শরুক নোংশাগী॥
মিংচৎ 'মাঙবা থৌদোক্লি  খাঙ'না লৈবা তৌরম্মু।
ক্ষেত্রিমচা ফুজিল্লু  অমুক থীনবা তৌরম্মু॥"
মপা চাবা থুৎলাইশিং  খুদুম চেৎনা পায়রুনা।
কৃষ্ণ তম্না ফুজিনখি  লিচিং 'মত্তা ওইহনা॥
ফুয়না চুবা নোংগুম্না  তেলনা নোংথক কুপখরে।
ঈথক হৌবা ঈপাক্লুম  তেঙ্গোল 'পুম্বা লাঙখরে॥

বজ্রনদি থাবদা চৌহনা মকম লেহেন'ওম।
যাদব লাম্মী লাক'ওমদে নুংদা ঐশিং চাইবগুম॥
কৃষ্ণ লাম্মী মপৈবু তেলগী নোংনা কুপগ্রবা।
থৌদোক অহু উবদা রুক্মিনীনা ইকাইবা॥
অকি' উৎপা মিথয়েংনা মবুংহো( হংভখি।
মাদুই অর্থ খঙলবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখি॥
"কিগনু হে নিংথিবা নঙগী লাম্মী মপৈনা।
নঙগী য়েক্ল' মপৈবু মাঙহনগনি থীন্দনা॥"
সঙ্কর্ষণ গদশিং যদু শাগৈ বীরনা।
য়েক্ল তেঙ্গোল লাম্বাখি কিবা মচেৎ মাওদনা॥
নোংলৈ-সুংশিৎ 'কনবনা খৎলাই 'পুষ্বা হুমদোকখি।
রাম-কৃষ্ণ অনীনা য়েক্ল' খৎলাই মাঙহনখি॥
মাগী তেঙ্গোল খোমজিল্লে শাম্ব নিংথৌ অকনবা।
অশাউবনা মাঙওইন কাপ্লকখি তেল অথোবা॥
মচিল পাবা তেলশিংনা কৃষ্ণই হকচাং থোগল্লে।
চৈনা ফংল' কৃষ্ণনা শাম্ব মায়োরুখরে॥
শাম্ব নিংথৌ লাউরকখি "হে কৃষ্ণও অপঙবা।
মীগী কন্যা হূরানবা হূবা ওইদে অকনবা॥
হিংনিংবহ লৈর'দি কন্যা পীরো চেনখরো।
অহু নত্রে হায়রগা নংগী হৈজ' উৎলবো॥
কন্যা হূবই দণ্ডিদো ঙসি পীগে লানফমদা।
নূপী পাম্বা নথরায় ঙসি থাগে যমগীদা॥"
তেম্মা পাউখুম পীরক্লে যদুপত্তি কৃষ্ণনা।
কাপথোরকপা তেল'পুম্বা ককথৎখরে শাম্বনা॥
তেলগী নোংজু চুনরে অত্যা 'পুম্বা কুপখরে।
সুংশিৎ নাকোই-শিৎখরে সুমিৎ মঙাল থনখরে॥

মমশিন্নকপা উবদা হুমিৎ তাবে নীঙনবে।
অমম্বদা মা-হুনা পঙহাঙবু হাৎনবে॥
শারঙ্গদি পায়বনা মতম মাঙহন' কন্নবে।
য়েরু' পুম্বা তকখায়গে অসুম্মবু নীঙখবে॥
থাখল অসি তৌদুনা শাম্বই লিরুং ককখৎলি।
অতোপ্পা লিরুং লৌরিবৈ কিরিটিবু য়ানখৎলি॥
কিরিটিবু হাপ্লিবৈ ফিরাল চৈখোক ককখৎলি।
শগোল সাখি হাত্রুনা শাম্ব খোঙমী ওইহল্লি॥
পায়বা থৃৎলাই অপুম্বা মচেৎ মচেৎ য়ানখৎলে।
শাম্ব মায়ওন' চেনখবে মাগী তেঙ্গোল কায়খবে॥
ইকাই' নংবা শাম্বদো ময়ুম লৈবাক' য়ৌদবে।
আশুতোষ মহাদেব উম দবু নীঙখবে॥
শাম্ব চেনখি উবদা জরাসন্ধ চঙলকখি।
চেনগে তৌবা কৃষ্ণবু মমাঙ থৎনা লেপ্লকখি॥
জরাসন্ধ লাউরকই "হে-হে অঙাং কৃষ্ণ-ও।
লৌনম চাউবা মীচোপও চেন'নু লেপ্পু মায়রোং য়াও॥
চেন্দুনস্ত কান্নরোই নঙবু থীবা কুইরেদো।
হুরান' শাজৎ থাদোকউ নঙগী মিংচৎ মাঙলোয়দো॥
ইক্ষাক-নৃপা কংসবু মায়া তৌ'না হাৎলগা।
নঙনা করম কল্লিবা? নঙবু ঙসি হাৎলগা॥
অস্তি প্রাপ্তি অনীগী পি-গী ঈরা থকহনগে।
রুক্মিণীবু মুল্লগা শিশুপালদা শিন্নগে॥
নঙনা কন্যা পায়গা ঐঙোম্বু হায়জরো।
অদু নত্রে হায়রগা শিশুপালবু লানশীঙলো॥
অদু ঙম্বা নরিলদি নৈত্রে হায়বা খঙলগা।
লোম্বা কন্যা হুরাম্বা হিংনি খনত্রা চেল্লগা॥"

ৱাঙাঙ অসি ভাবদা    কৃষ্ণ হাইখেৎ ইকাইজৈ।
পাউখুম পীকম খঙদনা    মক্ক লৈদ লুকথজৈ॥
"ষষ্ঠ শাগৈ থম্মরোই    ৱাশকপ্রবা ঐহাক্নি।
নঙগী হৈজ্জ উচ্চম্নো    নঙগা ঐগা লাম্বানি॥"
ৱাহৈ অসি হায়দুনা    চাউর' ভেল'মা কাপ্পকখি।
ফিরালখোক্তা পান্দুনা    কৃষ্ণই রথ নিকহনখি॥
ঈথক মানা ম্নেবদা    হিনাওনদি খাঙবগুম।
লানফম ঈপাক ঈয়ায়দা    নিকখি রথ চেষ্ঠেগুম॥
রুক্মিণীনা কিজবা    মদু উবা কৃষ্ণনা।
খীনবা চুমদ্রে খন্দুনা    নোংগুম চুরে ভেলভনা॥
ম্নেক্ক' লাম্মী মপৈবু    ভুম্না হাৎলে থুনমক।
শমজি খাইনা চেম্নরে    লেমহৌ' লাম্মী লোইনমক॥
শগোল সার্থি ফিরালদা    কল্ল' চৈথেং পীগ্রনা।
পাঙ্গল ময়েং ভাহল্লি    ম্নেক্ক মাগী কৃষ্ণনা॥
অসুম খর ঙাওরিঙৈ    ভেম্থৌ অমা কাপ্তুনা।
জরাসন্ধ ভুহল্লি    চেল্লি রথ হন্দুনা॥
শিশুপালদি খৌজিল্লি    ৱাহৈ' লানবু ভৌনরে।
লিরুং খুন্থম চেৎনপায়    কল্ল' লাম্বা পাজরে॥
শিশুপালনা লাউরকই    "হূরানবদা ফাওরবা।
কন্যা হুরি করিগী?    নঙনা নত্তিক লৈরবা॥
লানবু শীঙলো ঐঙোন্দা    কন্যা মাগীদমক্তা।
শিশুপালকৌ' ঐহাকসু    লাম্বা ভৌনি খুদক্তা॥
লাম্থেং অহু ঙম্নগা    কন্যা পুবা লেমগনি।
অহু নত্রে হায়রগা    খুরুম্ন'সু পাঙগনি॥
মরম পীয়ু হে কৃষ্ণ    নঙনা কন্যা হূরানবা।
মরম লৈত্ত' ভাগনি    থি-নেম্বনা থা-লাম্বা॥"

কৃষ্ণ পাউথুম পীরকই    "ঐগী ইপোৎ লৌবদা।
কনাদ'মূক ভাক্না'ন    রাকম অসি খঙহ্‌দা॥
মফম ভাঙ্গা ফংবদা    ইপোৎ অদু লৌগনি।
ইপোৎ লৌবা ভগ্রে'দি    মীনা থীনা ভাঙননি।
হূরাম্বদি হায়গনু    নঙনি হূগে তৌরম্বা।
ইপোৎ ইথুং চল্লেদো    হায়রো নঙগী অপাম্বা॥"
"ঐঙোন' কৎপা কন্যাবু    নপোৎ করম ওইরিবা?"
"ধর্ম্ম জ্ঞান্দি য়াওদবা    নঙনা খঙলোই অপঙবা।"
"জগত পুম্বই কন্যাসে    হূবা কনবই ওইরেকো।"
"কন্যা' নত্তে অপূর্ণা    ঐগী ওইয়ে খঙহ্‌কো।"
তেম্না পাউথুম পীরকই    শিশুপালদি নিংথৌনা।
পেহ্লনগেবু খন্দুনা    তেলবু ওকই কৃষ্ণনা।
থবাক লোংনা য়াহুনা    তেলদু হূম্না চঙহল্লি।
ফংফং কাম্বা ঈহুবু    শিশু উনা থোকহল্লি॥
মিহুন চেঙ্গম চেঙ্গানৈ    ফিরাল চৈখোক কোনশিল্লি।
নাদ শিন্ন নাশিন্নে    শিশু থাক্না নোকহল্লি॥
মহু উবা রুক্মিণী    থম্মোই শোক্না তেংথাজে।
য়েক্ল' মায়থী' পীবিরো    ওনিক ওনিক নিংশিংজৈ॥
কল্ল' লানবু তৌথরে    রাম-রাবণ লানফমনি।
লাইনা ভাবোক ওইখরে    লাই-হিংচাবা লানওংনি॥
হাংপা মতাং চাদ্রি খন    মায়থ দুনা চেলহল্লি।
জগত লীলা পাম্লিবা    শক্তিনিদি খঙহল্লি॥
দন্তবক্ত্র অকনবা    লাম্বা তৌগে চেনশিল্লি।
শিশু মাগীদমক্তা    তেলগী নোংজু চুহল্লি॥
রাংলেন ফানা থাঁঙমদে    মমায় ওম্না চেনখরে।
মৈরাম্বীনা মৈনাক নক    কৃষ্ণ মৈদই চেনথোক্রে॥

য়েক্ল' শংদোং ওইরিবা শগোল শামু লোলাইশিং।
য়েক্ল' লৈতেং ওইরিবা লুহুপ কোয়েৎ লৈতেংশিং॥

মতুপ মতুপ কক্তুনা লৈমায়থক্তা থাদরি।
অত্যা' ভানবা থবাম্না পৃথ্বীথক্তা কেংভুম্নি॥
মিংকুপ অমই মন্নুংদা হকচাং মতুপ মতুপ্না।
লানফম অত্থু কুপখিদো পুনভাঙ ভাংখি ঈতনা॥
শগোলশামুউটগধাখচ্চরদিপোৎহোনশা।
ককথৎলবানীকোকশাথোইনাফৈজচাঙতুমশা॥
মাগী তেঙ্গোল তুম্বদা শিশুপালদি লুচিবা।
মমায় ওন্না চেঞ্জখি কল্ল' নিংথৌ অপুম্বা॥
তুমুনখ্রবা চেদিরাজ ইকাই পন্দোম লোমজখি।
মায়থীরবা শিশুপাল অত্রা ঈপাক ভাউজখি॥
থৌনা মঙাল য়াওদ্রবা ফকচিল্লবা শিশুপাল।
জ্ঞানদি পুম্বা মাঙখরে নীঙবা কায়রে চেদিপাল॥
মাগী ব্রাবা উবদা জরাসন্ধ' হায়রবখি।
"খুৎকল পাঙ্গল নিংথৌও নঙগীদমক লাকচখি॥
থব্রায় খুবাক হাপ্তুনা নঙগীদমক শোরখি।
কল্ল' নিংথৌ অপুম্বা নঙগীদমক লান্নাখি॥
নোংদম থী'না মায়থীরে মাথুইদমক ব্রাফদে।
নঙদি 'কনবা নীপানি নীঙবা 'পুম্বা কায়ফদে॥
থব্রায় পাম্বা পুম্বদা অব্রাঙাক্তা মতমদে।
সুংঙাই' মতম লাকখি'ন নীঙবা কায়বা তৌফদে॥
পুঙলোন মতুং ইন্দুনা জগোই মখল শাগনি।
মফম মতম য়েংদুনা নীতি থৌরম য়াংকনি॥
বিধি ব্রহ্মা লৈবনা অব্রা-সুংঙাই নংগনি।
মাগী ইঙ্গিৎ য়েংদুনা পুক্নীং নেমথবিগনি॥

অক্ষৌহিণী কুনহুমদোই জরাসন্ধ ঐহাক্কী।
হরাওরেংলক ফাওবা চোপত্রে হুন্না রুক্মিণী॥
হয়া হয়া মাগথীখি কৃষ্ণচন্দ্রনা হমখিদো।
ভ্রানিপানগী লানথমদা নিংথৌ ঐনা হমখিদো॥
মতম নোংদন অনীনা তাইবঙ অসি চাওহল্লি।
মদু থঙনা ঐহাক্কা নিংথৌ নহবু নিংশিংলি॥
মাগী মতম ফবনা মানা ঐথোয় হুম্বনি।
ঐথোই মতম লাক্লগা ঐথোয় মাবু হমগনি॥"
'সুম্বা পাউতাক তাক্লগা থেমজিন ৱাহৈ লৌদুনা।
মাগী কোন্নু' হনজখি শিশু' কৌবা নিংথৌনা॥

# ৯ রুক্মীগী ৱাশক

অসোমদনা কমদৌরি    মথা ৱারী তারোদো।
তাবই পেম্বা নাইদবা    মাগী ৱারী লৌরোদো॥
ভীষ্মক কোন্নুং য়েংলোদো    কুণ্ডিন মপু নিংথৌদি।
মমোম পূকচেল খণ্ডবনা    শাউবা তৌদে মহাক্তি॥
ভক্তি লৈবা মহাক্তি    নীঙবা কায়রোই কদৌম্নুং।
জগত-থৌশিল খঙবদি    ৱাবা লৈরোই কদৌম্নুং॥
কৃষ্ণ য়েংথী' রুক্মীদি    মচল মুনখি' শাউদুনা।
কৃষ্ণ তুংদা তান্নখি    অক্ষৌহিণী পুদুনা॥
রাক্ষস বিধি য়াদবা    মরিল খাবা রুক্মীনা।
নিংথৌ মাঙদা ৱাশকখি    লিরুং তেন্দোং পায়দুনা॥
"লান-তৌদুনা কৃষ্ণবু    ঐনা হাৎপা ঙমদ্রবা।
রুক্মিণীবু মুন্দুনা    কুণ্ডিন য়ৌরক' ঙমদ্রবা॥
ঐহাক সত্য তৌজরি    ঐহাক বুণ্ডিন চঙলরোই।
ৱাশক ঙাকপা ঙমদ্রবা    ঐহাক ইমায় উৎলরোই॥"
ওন্থোকপগী ৱাশক্কি    হাৎঙমদ'বু হাৎকবা।
অপঙবগী মতৌনি    চঙজফমবু মীরায়বা॥
রুক্মী ৱাশক তাদুনা    সেনাপতি অথৌবা।
শাপোৎ লানপোৎ লোইখরে    মরিল লৈবা লুচিংবা॥
ৱাম্ফক ফুরিৎ লিত্তুনা    লিরুং তেন্দোং পায়দুনা।
রুক্মী য়াথং পীরকখি    সারথিবু কৌদুনা॥
"কৃষ্ণ লৈবা মফমদা    ঐগী রথ থৌজিল্লু।
লম্বী 'শম্বা থিদুনা    রথ অসি পাইহল্লু॥

ঐগী থৌরঁ তেলসিনা মবুক কল্লঁ গোপবু।
হাৎলঁ বাশক ঙাক্লগে তেক্কে মাগী নাপনবু।"
ঈশ্বর মস্তক খঙদনা নাপন তৌই পঙবনা।
মৈগী মৈশা খঙদনা পায়না য়েংই অঙাংনা॥
তানখৎলকপা রথনা কৃষ্ণ নাক্তা য়ৌবদা।
বাশক ঙাক্কে নীঙখরে পাইশিল্লকখি কৃষ্ণদা॥
"গোপ মচা লৈরম্মু ঐনা লাউবা ঙহাক তাও।
হূরান্দুনা চাউরকপা হূবা তোক্তি হৌজিকফাও॥"
অসি বাদি লাউদুনা রুক্মী রথ থৌজিনখি।
কল্লঁ নিরুং চিংদুনা কৃষ্ণ তম্না তেনকাপখি॥
মচিন পাবা তেলইম্না কৃষ্ণই হকচাং থোগনখি।
মবুং মখোল তাবদা রুক্মিণীদি বাজখি॥
মমায় ঙাঙলঁ রুক্মীনা কৃষ্ণ য়েংনা লাউরকখি।
অশাউবনা মাঙওইন নিক্ল বাহৈ থোরকখি॥
"গোপাল কৃষ্ণ হূরাম্বা কাক্লা 'মৃত লাক্কুম্না॥
লোম্না ইচন হূদুনা কৈদা চেল্লি তফিংনা।
মায়ালানবু থাদুনা নশাই নাপল থাদোকউ।
ঐগী তেলনা হাত্রিঙৈ ঐগী ইচন থাদোকউ॥"
যোগ মায়া মপুনা শারঙ্গদি পায়খৎখি।
রুক্মী নিরুং কক্কুনা তেন্থৌ তরুক পাহ্লনখি॥
অদুই নুং থোকপদা শগোল শার্খি ফিরান্দা।
তেন চৈনা থিবদা রুক্মী ঙাওখি লানফমদা॥
নিরুং অমা লৈদুনা তেন্থৌ মঙা কাপ্লকখি।
থৌরঁ তেলশিং অদুনা কৃষ্ণই হকচাং লৈতেংখি॥
ঙাঙলৈনবা শঙাইশেল শংবান্নবা অত্যাদা।
তঙাং তঙাং ঙানবগুম তেম্না ফজে কৃষ্ণদা॥

অশাউ' খুহুম চনভম্বা ভগ ওইবা মহারা।
রুক্মীই লিরুং ককথৎলি খুৎলৈ থুনা লৈদুনা॥
লিরুং অমা পায়খৎলি লীরী হেক্তা চনশিত্রি।
লীরী চনবা লোইবদা কৃষ্ণ' হেক্তা কবথৎলি॥
পায়বা লিরুং খুদিংমক বরা থাদৈ লানফমদা।
লোবা খুৎলাই পুম্নমক করা থাদৈ লৈমায়দা॥
তিমেন তাবাক অথেবা খুৎশু নম্বু অংম্বা।
য়োচ্চৈ য়োৎশুক অকনবা বরা থাদৈ অথোবা॥
থাঙশাং চুঙ্গোয় পায়দুনা রুক্মী রথ থাদোকখ।
রথ য়াওত্র' রুক্মীদো খোঙমী ওইনা লেপচখি॥
য়েরু' হাৎকে নীঙহনা কৃষ্ণ তম্না চেনশিনখি।
মৈরাম্বীনা পাইশিন'গুম কৃষ্ণ মৈদা পাইশিনখি॥
রুক্মী মত্তৌ উবদা কৃষ্ণ মোমোন নোক্লবখি।
থাঙ চুঙ্গোয় য়েরুবগী থোইদিং মক ওহলনখি॥
য়েরু' থম-গোই খন্দুনা কৃষ্ণ থাঙশাং লোখৎখি।
মবুং লোইরে খন্দুনা রুক্মিণী জ্ঞান মাঙজখি॥
পোকমিম্নবই নুংশিবা কাউঙমদ্রবী রুক্মিণী।
প্রভু চরণ থাহুদা চঙজরবী মহাক্নি॥
নুংহিন্ননা কপ্পুনা ঙাকপিববু নিজখি।
মাহৈ কম্না হায়দুনা মবুং থরায় নিজখি॥
"যুগেশ্বর হে কৃষ্ণ দামোদর মাধব।
মহাভুজ নারায়ণ গদাধর কেশব॥
এনা লৈরিবৈ মতমদা ইবুং করি রাফমলে?
নহাকুম্বা লৈরিবৈ রুক্মী করি শিফমলে??
পোকমিম্নবই নুংশিবা কাউঙমদ্রবী এহাক্নি।
ইবুং মঙা অহগী ইবুং অহল মহাক্নি॥

পাবুং মহারাজনা লুনা তৌজ' মচানি।
ইমা রানী মহাক্কী মিৎকী থরান-মিচাক্লি॥
ফন য়াম্না ঙাওর'স্থ ঐবু মানা শেম্নবী।
ফন য়াম্না ফত্র'স্থ ঐবু মানা সুংশিবী॥
থাজরম্নদাই মতম্নদা মানা কয়া চেনখিবা।
খম্নরকপা মতাংদা ঐনা কয়া রাখিবা॥
নঙগী পুকচেল থঁঙমদ ঐনা তুমিন লৈখিবা।
ঐগী পুকচেল থঁঙমদ মানা থৌরম য়াৎখিবা॥
ঐবু সুংশি'-ক্রনা ঙাওরবনি ইবুংসে।
ননাই' করি হঙ্গৎনি লোইনা থঁঙি নহাকসে॥
ইশুংলাংগীদমক্তা ইবুং য়াইবী মাঙবদু।
লমহেনবগীদমক্তা শাগৈ মৈরা মুৎপদু॥
লাইবক চাউবী ঐহাক্না করম্নবু য়েংসিগে?
নোংদম্বা হা বিধিও করম্নবু খাংসিগে??
মপোক থীনা পোকপনা ইবুং তুবা উদৌরে।
নোংদম থীনা তম্বনা ইবুং মাঙবা ওইদৌরে॥"
থরায় হকচাং চেঙথৈরে অসি রাদি হায়দুনা।
রাঙাঙ থোক্ত তুখরে রানম্বনা হেন্দুনা॥
প্রভু চরণ খাদুনা স্নরিক লিক্লাং চোইজাইনা
নিশিং থোক্ত' রাম্বরে কোকথক' বজ্র তাগুম্না॥
হায়জ' পুম্বা তাবিবা লানখিববু ঙাকপিবা।
থঁঙমদ্রবা খঙবনি মনাই মখা পোনবিবা॥
শাউদশিন্ন শাউশিন্নৈ শাগৈ ইজ্জৎ ঙাক্কেনীঙ।
শাউরম্বদু নেমথজৈ রুক্মিণীবু কনগেনঙ॥
হন্দবদু উরেদো মায়থীরবফাওবদা।
লঙ্কোনবদু শেংলেদো কনবীরবফাওবদা॥

লাকওমজ্রবা রুক্মীবু খোরী ফিনা পুনশিল্লে।
হাইগৎলম্বা থাওহনা মশম মকোই ককথৎলে॥
মশকপুদি থীহল্লে দণ্ডি ওইবা মওংদা।
ফাজিন্দুনা থমখরে বন্দী ওইবা ৈওংদা॥
অদুই মতুং খোকপদা কাংখোং লাংরে য়েক্লবা।
শমজি খাইনা চেন্নরে সেনাপতি য়াওজ্রবা॥
লমুবনবু নৈহৎকু- শামু লমশা ৈপনা।
য়েক্ল' তেঙ্গোল নৈহৎখি যাদব লাম্মীশিংদুনা॥
পৃথী 'লুম্বা কোক্লবা পাপী তাপী লোইশিল্লে।
মপোক মহৈ য়ানবশিং প্রভুমক্তা লানবীরে।
ঈনা ঈশিং ওইদুনা ঈগী গঙ্গা চেনখরে।
হকচাং মতুপ মতুপ্পা কাওশিং ওইনা তাউখরে॥
শগোল শামু লানশানা ঈথৎ কয়া শেমখরে।
ফিরাল চৈখোক কয়ানা উমং ওইনা ৈথরে॥
মকোক মঙা লোংলবা মচু কয়াই লিলগুম্না।
ঈরোইদুনা শাম্নরে বকথৎলবা পাম্বোম্না॥
চুঙ্গোয় লীশীং লীশীংনা থেঙ্গু মশক লৈখরে।
প্রলয় মতম ঙাইবগুম লুপফেৎ লুপফেৎ তৈশৎ
মণি মুক্তা থাম্লবা খুজি খুদোপ কয়ানা।
ঈগী গঙ্গা লৈতেংলে ঈপাক কোঙ্গোন থিনগুম্না॥
শিফাথ্রিবা শামুনা লানফমদবু চোংজবা।
ঈশিং শামু পাখক্লি ঈথক চাউনা হৌহনবা॥
মখোঙ মখুৎ কক্লবা লাম্মী রথী কয়ানা।
লাংজা রাক্তা লাক্লদি খোঙ্গেল রাংনা লাউথনা॥
শাহিং চাবা লমশানা ঈগী মনম ফংদুনা।
লানফম অদু থনখরে ৈথিল হায়বা নাইদনা॥

শিফাত্রিবা নিংথৌদই তোংশা তোংশা লেত্নুনা।
চাররেদো কিদনা মবুক লাম্ন' কৈশাম্না॥
মঙক লুজাও থেক্লুনা ফো' ফোং শাবা ঈডুবু।
থক্লরেদো নোংশানা থম্লে কৈনা লানফমদু॥
লেঙওৎপদি চমত্রবা শিবশক্তি শিদ্রিবা।
রথী লাম্মী মমিৎপু লাংজা কাক্লা কোৎলিবা॥
মচি মচি পুম্বদা থাম্বাত্তগী তারকপা।
ঈ তৈরবা শত্নমশিং চাংশং চাংনা তারিবা॥
ডাঙৈলনবা শক্লশিং প্রোক প্রোক লাউনা শাম্বগী।
মখোল অদু মানথরে লমজাউ লম্মৈ চাকপগী॥
শত্নুম শরু মুম্নবা মুম্নবগী চংনবা।
লাক্লবগী খোঙ্গেম্না নিক্লে পৃথ্বী অপুম্বা॥
শাহি'চা'না চৎপগী মীকপ মীরাও খোঙ্গেম্না।
নিল্লে লানফম আতিয়া বজ্র কোটি তা'গুম্না॥
হিংহৌরবা থরনা থরায় পুনা চেম্বনি।
শিফাত্রিবা কয়াম্ব নেৎপদগী শিবনি॥
ঈনা ঈপাক ওইরবা লানফম অদু লান্দুনা।
ঈথং কয়া কোইথোক্লা ঈপাক'থক্তা হোন্দুনা॥
ভৌরবদি শামুনা থম্মাল বনবু নৈ'গুম্না।
ভগ ওইবা রামনা মাংদা থৎপা হাৎতুনা॥
কৃষ্ণ না'ক্লা ভম্নক্লে থীর' রুক্মী উরেদো।
থীহনবতা নত্তনা পুল্ল' থম্মা উরেদো॥
কৃষ্ণই মত্তৌ অদুদা শাউরক্লেদো বলরাম।
নিংথিজবা রাহৈনা হায়রক্লেদো যদুরাম॥
"কৃষ্ণ নঙনা তৌরি'সে 'রাম্মা কয়া পামদেদো।
যদু শাগৈ ঐখোম্বনা চৎকদবা নক্লেদো॥ .

মীনা মসি উরগা
ঐখোয়' নিন্দা ভৌনিদো।
রুক্মিণীবু লৌর'দি
রুক্মী মরী ওইরেদো॥
মরী থোক্ল মহাকপু
নওনা মশক থীহল্লে।
মশম মকোই কোক্লুনা
শিরবগুম ওইহল্লে॥
লানগী দমক লাক্লিবা
রুক্মী মবুং ওইরিবা।
নওনা খওনা হল্লনবা
চুম্লমনি ভশেংবা॥
মতৌ অস্তুম দাউজীনা
হৌন লমংৎ উৎহুনা।
থাদোকপিরে রুক্মীবু
শাউদনবা থেংহুন॥
মনাওনুপী ওইদৌবী
রুক্মিণীদা হংমরক্লে
অহল ওইবই হৌনবী
পুকথেম ওইনা ভাক্লক্লে॥
(বেভার ভৌকম মলাংথোক
মকোক খুম্লে রুক্মিণী
পুক্লীং চওনা ভাবক্লে
মশক ওইবী ভবানী॥)
"লাইনীঙ চেংপা রুক্মিণী
নবুং য়েংদ্রে হায়দুনা।
ঐখোয়' নিন্দা ভৌগনু
হৌন' খওদে হায়দুনা॥
মানা মানা ভৌবনা
মানা মানা কংবনি।
মশাই কর্ম্ম য়েংদুনা
অরা-সুংভাই ভম্বনি॥
অক' কর্ম্ম ভৌরগা
নিংথি' মিংচৎ কংনৈদো।
ফত্ত' কর্ম্ম পাওলগা
অরা-ইকাই নংনৈদো॥"
অদুই মতুং থোকপদা
বলভদ্র রামনা।
মনাওবুংভো কৃষ্ণদা
মখা ভাখি নিংথিনা॥
"হাৎম্রা' মরাল নৈর'স্ত
মকপ হাৎপা চুমদেদো।
ইকাইবনা শিরবা
অমুক হাৎপা য়াদ্রেদো॥
মরী মতা ওইববু
লাম' কম্না হাকপিনি,
নুপী অঙাং ব্রাহ্মণনা
হায়জ' কম্না ভাবি'নি॥"
রুক্মিণীদা হায়রকই
"শক্তি কংগে ভানবদা।
মপামদা হাৎনরি
মালেম নৈনায় থকসিদা॥

মরীমতা হাৎন্নাবা      ক্ষেত্রি মচাই ধর্ম্মনি।
ক্ষাত্র-ধর্ম্ম ভমথীবা      প্রজাপতি থৃৎশেম্নি॥"
কৃষ্ণদমুক হায়রকখি      "মসিমনু চুম্বনি।
বেদ শাস্ত্র লাইরিক্তা      ময়েক লানা ইবনি॥
লনবু পাম্বা মিস্তাংবা      নাপল চাউবা অপঙবা।
লম মিহোৌবা লায়রবা      নৃপী পাম্বা অমাঙবা॥
মশাই নাপল উৎভুনা      নৃপী পৃথ্বী শক্তিগী।
মঁবু মীনা লান্নবি      পাম্বা লৈতে ঐখোয়গী॥"
থৃৎলাইলাঙ্গোন থৃৎশুবা      রুক্মিণীদা হায়রকখি।
আত্মাজ্ঞানবু ভাক্তুনা      রুক্মিণীদা খঙহনখি॥
"লাইনীঙ চেৎপী রুক্মিণী      নঙগী নবুঙ অদিনা।
থবায় পানবা পুম্বদা      য়েংঙি নঙ মিৎয়েংনা॥
মাগী ফন কায়হুনা      মাবু দণ্ডি পীবনি।
দণ্ডি অসি উবদা      নঙনা ফজে থম্বনি॥
নঙগী নবুঙ অসিগী      নঙনা বারি পঙবনা।
ফন থকৈ নবুঙগী      মায়াবুক্কি লৈবনা॥
ঐদি নঙ্গে হকচাংগী      হেৌবা লোইবা লৈতবা।
ঐনি মশক লৈতবা      হকচাং শাদোং ওইজবা॥
থবায় পাম্ব পুম্বগী      আত্মা অমা লেপ্পলৈ।
থোৌব মায়া পুম্বগা      মরী থোক্ত ভোঙানলৈ॥
আত্মাজ্ঞানবু লৈতবা      ভোঙান ভোঙান উরিদো।
থবাম্নিচাক মুমিৎ-থা      ভোঙাথনি খল্লিদো॥
পৃথ্বী অত্যা অনিমক      পুম্না উবা ঙমদেদো।
মায়াপক্কা লৈবনা      অমগুনি খঙদেদো॥
মিৎকম শককম অনীমক      কোয়ৌ মানা ঙানবনি।
কায়ন থুংন লৈতবা      মুমিৎ মামা মমখি (কারণনি)।

মতৌ অসুম তৌদুনা
আত্মা মানা মরম্মি।
জগত সংসার শক্তমসে
মায়া মানা পীবনি॥
ঈশিংবুদি য়াওরবা
চক্ষু চক্ষু খুদিংদা।
নাইতোম ভানবা কোরৌসে
মাগী মনি য়েংবদা॥
কোরৌ মমি য়ামখরে
চক্ষুশিংদা য়াওরিবা।
চক্ষুশিংদো কায়বদা
মমি উরোই অশেংবা॥
মতৌ অসুম তৌদুনা
মমি উরে ভাওরেদো।
অশেং' মাবু খঙদনা
অমসুদা মাংরেদো॥
মচবদি অহিংদা
থৌরী নীশাং ভাববু।
মুশাংনবা লিনগুম্না
উরে মিংনা কিনবু॥
অশেং' মঙাল ফংবদা
থৌর'নিবু খঙগনি।
অশেং' খঙব্রিমথৈদি
লিম্মি অসুম লৌগনি॥
'মত্রা ওইবা ঈপাক্তই
ঈৎক ময়াম হৌবগুম।
উহল্লিদো মায়ানা
লেঙদ' আত্মা য়াম্বগুম॥
সতী, মায়া মাঙহল্লু
এখোয়' নিন্দা তেংগনু।
মায়া হকচাং পামদুনা
এনি মায়া খনগনু॥
মায়া ফিজং হাংদুনা
হকচাং মায়া কাউথোকউ
জ্ঞানগী মিথমে য়েংদুনা
অবা' পুম্বা থাদোকউ॥
অরাবনা মরম ওই
থম্মোইসুংবু খুইহল্লি।
খুইব' থম্মোই অদুবু
মায়ান 'মুক শুক্নংলি॥
আত্মাজ্ঞানবু খঙদুনা
নঙগী নশক খঙজিনু।
নঙগী নশক খঙদুনা
লেঙদ' নশক ওইহনু॥"
ভগবত রামনা
জ্ঞানগী পাউতাক পীবিরে
রুক্মিণীদি নিংথিবী
রাবা পুম্বা কোকচরে॥
কনবিরেদি খঙদুনা
ভীষ্মক কুমার রুক্মীনা।
বিদায়বুদি লৌজখি
ভগবান্দু খুরুম্না॥

মাগী লাম্মী নৈত্রবা বার' রুক্মী থম্লকখি।
শক্তোকপ্রবা বাশকপু ঙাক্ত' মাদে থম্লকখি।
"ক্ষেত্রি মচাই ধর্ম্মদি বাশক ঙাকপা মরুনি।
বাশক ঙাকপা ঙমব্রবা ক্ষেত্রি মচা সুদ্রনি॥
মপাই বাশক ঙাক্লবা রাম্না বম্না চৎখিদো।
.শাই বাশক ঙাক্লুনা ভীষ সিংলেন কংখিদো।"
বাকম ছমি থম্লুনা যুবরাজ রুক্মীনা।
চাউর' লৈবাক শেমগৎখি ভোজকট কৌহুনা।
লৈবাক অফা শেনহুনা কোন্থুং স্বর্গ ওইহনখি।
রুক্মী নিংথৌ ওইহনা বাশক ঙাক্লা পাওখি।

---

# ৯০ শ্রীকৃষ্ণ-রুক্মিণী বিবাহ

সমুদ্রদি ভাঙ্গে
দ্বারকা কোনুং ভাঙ্গে
শগোল শামু লাম্নীগী
মায়গৈ ভরা নিনখয়ে
পাইখৎলকপা উঙ্গুমা
অরাপ্পদই উবদা
দ্বারকাবাসী খুদিংনা
ক্ষিজেৎ লৈতেং কয়ানা
নগর মীপুম খুদিংনা
মঙ্গল ঈশৈ শকুনা
কোম্থোং কোম্থো খুদিংদা
ঈশিং থম্মা হাপ্লবা
বৃষ্ণিবংশ কোমুংদা
লাম্বন খোঙজাও মথক্তা
লম্লোং মরি কাংবদা
থাউমৈ কয়া পায়চুনা
মঙ্গল ঈশৈ শকুনা
থাবা ঙম্মোই কোম্নুংগী
পেরে শিঙ্গা মোইবুংখোং
উগ্রসেনদি নিংথৌরেল
লেঙথোরক্লে ওক্লবা
তেক-কাযদ মৌরকপা

রুক্মিণীবু পুম্না।
রাম কৃষ্ণ অমীনা।
জয়ধ্বনি খোজেম্না।
থাওলে মালেম তনিক্লা॥
অভ্যা মকোয় শিনখয়ে।
কৃষ্ণ লাক্লে থওখয়ে।
ওক্লববু তাইখয়ে।
কোনুং শক্তম হোংখয়ে।
হরাও-তুম্জুং শৈশক্লে।
জয়ধ্বনি লাউরক্লে॥
লক্ষ্মু পান্নী যুংখরে।
চক্ষু কয়া খিনখয়ে।
ইন্দ্রকেতু হাইগথলে।
ফিরাং লৈরোং লৈতেংলে।
মৈরং মরি লোংলবা।
লৈশাবৌশিং লেপ্লিবা॥
ধূপকী মৈখু শল্লিবা।
অসিগুম্বা কজবা।
পুঙজাও ধুলোক মৈচনা।
মনাই মশন লোয়ননা।
রাম কৃষ্ণ অনীবু।
উনরক্লে অনীবু।

ঈপাক ঈথক হৌবগুম নোংলৈ-সুংশিৎ লাকপদা।
মীয়াম ঈথক হৌরক্রে রাম-কৃষ্ণ লাকপদা॥
জয়ধ্বনি খোঞ্জেম্না ঈরাওখোলনু হেল্লিদো।
কংশিল্লকপা লৈতনা নোংজু নোংবু হেল্লিদো॥
ফরাও খোল্লাও মরক্তা উগ্রসেন্দি নিংথৌনা।
রাম-কৃষ্ণ অনীবু কোনবিরেদো চেঞ্জেৎনা॥
থাগচ্চরে মশাবু "লাইবক ফৈদা উগ্রসেন
মহৈ য়ামে শূরসেন॥"
রাম-কৃষ্ণ কংজবা
নগর বাসী পুম্বদা ঙুম' বাহৈ য়েন্দুনা।
কোন্নুংদবু লেঙশিনে অংংতৎ ওক্লুনা॥
বলদেব হরিণী লাম্লোং 'পুম্বা তারগা।
অমুকসু পেম্মরে মরম পুম্বা থঙলগা॥
মথং দরবার সুমিত্তা রাজ সভা ময়ামদা।
চঙলক্লেদো কৃষ্ণজী ভক্তি কাঁচ্চে ময়ামদা॥
উগ্রসেনবু থুক্মজে বসুদেব শূরসেন।
তোঙান তোঙান কোক্লোকৈ ভগ ওইবা ভগবান॥
ময়াম পুম্বই মমাঙদা ফোংদোক্লেদো অচুম্বা।
"লানবু জয়দি তৌরক্লে মায়থী পারে য়েক্লবা॥
ভীষ্মক কন্যা রুক্মিণী মাগী নীঙবা থুংনবা।
পুত্নদি লাকচরে হায়রো সভাই অপাম্বা॥
রাক্ষস বিধি কৌরেদো হুত্নদি পুরকপা।
'সিগী মথা ভাবদি তাকপিরেদো অফবা॥
বাহৈ অসি তাবদা শূরেসেন্দি অকনবা।
পুরোহিতপু কৌত্না পীরে থোদা অঙুবা॥
"কৃষ্ণ লুহোংনবগী পীরো সুমিৎ অফবা।
থরাম্মিচাক সুমিৎ-থা য়েংলো তশেং তশেংবা॥"

শূরসেনগী মাথংইন পুরোহিতনা পুখোক্নে।
বিবাহগী মুহিংশো সভাদগ্ খঙহল্লে॥
উগ্রসেনদি নিংথৌনা মন্ত্রীশিংদা থৌদাংর।
"নুংহোংবগী তৈয়ারী থৌরো লোইরো" হায়রক্নে॥
খাইদগী ইহান হানবদা ভীষ্মক নিংথৌ তাকখিদো।
পাউজেল অদু ফংবদা নুংঙাইবনা ভাওখিদো॥
খুৎজুখুৎলাইথাংতাদিয়োংশুকগদালিরুংতল।
সনাফিগেফিজোলদিহরামুক্তালুপাশেল॥
শগোলশামুরথদিফিরালপুষ্পথুদোপ্পা।
মীনাইনুপানুপীদিখোঙমলাম্নীঅকনবা॥
পীর' ব্রাহ্মণ থ রক্নে পাউদম্লবা কন্যাদান।
ভীষ্মক মাগী পুরাংখঙ নেংক্নে যাদব পুমপেন-পেন॥
চিঠি পাউনা থাদুনা কৌরব পাণ্ডব তাকপ্রেদো।
লৈবাক লৈবাক কয়াগী নিংথৌ ব্রাহ্মণ কৌপ্রেদো॥
নিংথৌ লীশিং লাক্লরে নুংহোং' পুঙকম খঙদুনা।
গন্ধর্ব্বদি কিন্নর লাক্নে বিদ্ধ্যা লান্দুনা॥
শগোল লাম্মী তেঙ্গোলনা নোংহৌবগুম লাক্লেদো।
মচুম তার' শামুনা লন্থ উফুল ফারেদো॥
নিংথৌশিংগী পুষ্পগ্রা ভাল্লিবদি লৈতেংনা।
কুম্মে অমা ওইরেদা রাৎলগনি থাবনা॥
কীটি কুণ্ডল মণ্ডাপ্পা কোরৌ মমি শামথরে।
হীরা মণি-মুক্তনা ফুমিং লখা থোক্নুম্নে॥
ফিরাং ফিরাল লৈতেংনা লৈরাং চরোং চাইগুম্নে।
বসন্তগী মণ্ডমগুম ভাংলৈনবা ফাওরক্নে॥
অঙাঙ-অপক-অশংবা মালেম লৈমা লৈতেংলে।
অঙৎ-অথম-লৈভবা মীয়াম মশিং খঙদরে॥

তাংথক নাইনা কজবা    সমুদ্রগী ঈথক্তি।
নিম্নরকপা খোঙেম্মা    সমুদ্রগী ঈরাওনি॥
ধুলোক হেরী দুন্দুভী    শোংখোংবগুম রৈরক্লে।
পেরে শিঙ্গা বেম্নুনা    কোকিল কুহু নম্নক্লে॥
লাম্মা খেঙ্গোল মপৈনা    মংবা অদু উতুনা।
ব'খোং লাব অমোম্মা    বন্দা নোম্নরে হরাওনা॥
নিম্নরকপা খোঙ্জেনবু    ঈরাওখোম্নি থন্দুনা।
তাউনা য়েংলে চক্কুনা    ঈশিং তাব কয়ানা॥
খোম্নগুম্নবা স্নরবু    বসন্তনি নাউহুনা।
শাংকাম্নরক্লে ফুগাইনা    পোংশাংনবা লৈরাংনা॥
চন্দন কয়াই মনমবু    লৈনম্নিবু লৌহুনা।
খোইমু শঙ্কু শঙ্গুনা    কোইপাই পাইরে তাওহুনা॥
কুরু কুন্তি কুণ্ডিণদি    কৈকেয় সঞ্জয় মথুরা।
অঙ্গ বঙ্গ লঙ্কানা    থক্লে দ্বাকা নগর।
লৈমা শিজলোশীংনা    কিজেৎ লৈতেং খোন্দুনা।
হরাও মোমোন মীনোক্লে    মঙ্গল শৈশক শক্কুনা॥
স্বর্গই লাইয়াম খিবিক্লা    পরেং পরেং খোক্কুনা।
মাগেম লৈদা য়েংলক্লে    মঙ্গল বর পীহুনা॥
নলকান্ত মণি লৈ    সূর্যকান্ত সুমিৎলৈ।
চন্দ্রকান্ত থাবলৈ    পদ্মরাগ থম্বলৈ॥
হীরা মুক্তা থাম্নবা    গজমুক্তা হাপ্নবা।
বৃজিনাশি লৈতেংশিং    কংফম খোক্লা ফংলবা। .
স্বর্গই কিজোল খোনথরে    রুক্মিণীদি নিংথিবী॥
মনম সুংশি' থাউতবেৎ    শৈরে কন্যা ওইদোবী।
শৃঙ্গার মথল ত্রাতওক    আভুষণদি ত্রানিথোই।
রাংপ-লৈতে' লৈতংল'    উবে কন্যা পুমখোই-খোই।

পুণ্ডকম মতম য়োবদা
বর-কন্যা থোয়ক্লে
পণ্ডিতশিংনা বেদধ্বী
য়েরে ভেরী দুন্দুভী
সিদ্ধ সাধু গন্ধর্ব
মঙ্গল ধ্বনি তৌরক্লে
শংখানবা শ্যান্না
বেদ মন্ত্র শাক্ষী ওই
সীতারাম সয়ম্বর
জগত ভাবোক পেনখ্রে
রুক্মিণীদু কল্লকই
কৃষ্ণজীবু কল্লকই
দেবকীবু কল্লকই
বসুদেব কল্লকই
প্রকৃতিগা পুরুষ
সংসার সাগর লানবগুম
রাধা কৃষ্ণ' তাম্বগুম
কৃষ্ণগদি রুক্মিণী
স্বর্গই লৈরাং চাইরক্লে
অমৃতদি খিক্লে
শৈশকপনা তমদবা
থাবই লোইবা নাইদবা
'সুম্বা রারী পায়গা
'সুম্বা লীলা তারগা

মাগুবকীদি ময়ায়দা।
দর্শন পীরে ময়ামদা॥
কলাকারনা শৈশক্লে।
স্বর্গই লৈরাং চাইরক্লে॥
ব্রহ্মণ ঋষি মুনিনা।
বর পীরে লাইয়াম্না।
কৃষ্ণং পায়রে রুক্মিণী।
লৈপুন ওইরে ভবানী॥
গৌরী শঙ্করমিলনগুম।
বর পীরে লাইয়ামগুম॥
কন্যা ওইবী মথৈনা।
পাখণ্ড ওইবা মথৈনা॥
মমা ওইবী মথৈনা।
মপা ওইবা মথৈনা॥
পুনশুম পুম্নে অনৌদো।
পেন্নে অয়েং' ভাবোক্তো॥
রাসমণ্ডল ময়ায়দা।
তারে দ্বারকা কোন্দুংদা॥
স্বর্গই লৈনম চুরবা।
স্বর্গই মহাও য়াওরবা॥
কৃষ্ণ মাগী লীলানি।
রুকমিণী হরণনি॥
অরা-অনা কোকনি।
ভবসাগর লানগনি॥

---

লোইরবা

লাইরিক অসি নৈনবদা মুংঙাইনবগীদমক পাত্র থর অমদি পরিবা

# মীশক্ খরগী মশক্ তাকলি

১। শিশুপাল:— চেদি নিংথৌ দমঘোষকী মচানি। শিশুপাল পোকপদা মামৎ অহুম অমসুং পাম্বোম পারকখি। ঙক্লদুনা মপা দমঘোষনা অথেং-অহৈ পঙ্ক্লিনচিংবা কৌহনা য়েংহনবদা, মখোয়না অস্তুম হায়খি— অঙাং অসিদু হাংকদবা মীশক অদুনা কেক য়েংবদা মহাকী মমিৎ অমা অমসুং পাম্বোম অনীসি মাঙখিগনি। শ্রীকৃষ্ণনা য়েংবদগী শিশুপালগী মমিৎ অমা অমসু পাম্বোম অনা মাংখ্রে। মথর য় রাজদুনা মমানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জখি— ইচা অসি নঙগী নথৃক্তা শিবা শোয়দ্রে। অদুনা ইচানা লানবা চাময়ক খাকপিয়ু। যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজসূয় যজ্ঞগী মতমদা সহদেবগী মত মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণদা অগ্রপূজা (অহানবা পূজা) কংখি। মদুবু য়ানিংদবা উদুনা শিশুপালনা শ্রীকৃষ্ণবু অরানবা চামদগী হেন্না চৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা চক্রনা মচুক করুনা সভা মমায়দা শিশুপালবু লানবিখি। শিশুপালগী মশাদগী মঙাল অমা থোরকখি, মদু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখদা চংখি।

২ জরাসন্ধ:— মগধ লৈবাকী নিংথৌনি। মহাকী মচানুপী অনী অস্তি অমসুং প্রাপ্তি মথুরা লৈবাকী নিংথৌ কংসগী রানী ওইখি। শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী মাতুল কংসবু হাত্তুনা মচানুপী অনীবু লুথ্রাবী ওইহনখিবদা শাউরদুনা জরাসন্ধ নিংথৌনা পৃথীবীদা যদু শাংগৈ থম্ম্রাই হায়দুনা মরূপ কম্না শেমদুনা লানগী তৈয়ারী তৌখি। মহাক্না হন্না হন্না লানথাবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী কোন্নুং দ্বারকাদা হোংদুনা লৈখি। জরাসন্ধগী মতুং ইনবা,

মভেং পাংবা পাপী কয়াবু লাম্বীগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা থৈহনা লৈবনি। যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজসূয় যজ্ঞগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণ অমদি ভীমার্জুন্না ব্রাহ্মণগী ফিজেৎ শেত্তুনা জরাসন্ধদগী লানগী ভিক্ষা নিখি। ভীমসেনগা দ্বন্দযুদ্ধ তৌহনা ভীমসেন্না জরাসন্ধগী হকচাং তখাই শেত্তুনা হাৎখি।

৩। শাম্ব :— রুক্মিণী হরণ মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মায়থীবা পীখিবা অহৎদগী সুংডাইত্তুনা শাম্বনা চহি অমা চুপা আশুতোষ মহাদেববু নীংখি। আশুতোষনা পেম্বিরত্তুনা অপাম্বা বর নিহনখি। য়োনীংবা মকম য়োবিংস্না, শক উৎপন্ন ওন্না, শকলোৎপন্ন ওন্না অদুগুম্না দোলাই অপাইবী অমা ফংজগে হায়খি। অদুগী মতু ইম্না ময় দানবনা য়োংকী সোভ কৌবা দোলাই অপাইবী অমা শাখি। দোলাই অদু ফংহনা শাম্বনা লাপন তৌনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজসূয় যজ্ঞ মাওংবিরিবদা, শাম্বনা মাগী মায়া দোলাই তোংদুনা দ্বারকাদা লান্দাখি। প্রদ্যুম্নচিংবা অকনবা কয়াবু মায়থীবা পীখি। অতুপমী শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকা প্রজাগী অরাবা অদু উহনা থুনা ইন্দ্র প্রস্থ থাদোক্লুনা লাক্লগা শাম্বগা লাম্বাখি। গদানা ফুগায়হনা সোভ মাংহনখি। অদুগা শাম্ববু সুদর্শন চক্রনা মঙক কক্লুনা লানবিখি।

৪। পৌণ্ড্রক :— করূষ লৈবাক্কী নিংথৌ পৌণ্ড্রক্লা দ্বারকাদা পাউ থারকখি— 'ভগাবান বাসুদেব হায়বদু ঐহাক্নি। পাপী তাপী লানবিগে হায়বগীদমক ঐনা অবতার তৌরকপনি। অপঙবা কৃষ্ণনা বাসুদেব থোনজহনা ঐগী ইতো ওন্নি। ঐগী খুদম পুম্নমক থুংলাই পুম্নমক কৃষ্ণনা নকল তৌদুনা পায়বনি। ঐতোন্দা লাম্লে হায়দুনা চঙজরকউ, ভাকপিগে; য়াত্রগা লান তৌসি।" শ্রীকৃষ্ণনা নোক্লহনা করেম্নবগা লোয়ননা পাউ হনখি। থৈনমক পৌণ্ড্রকী মথক্তা লান্দাখি। মতম অদুদা পৌণ্ড্রক মাগী

মরূপ কাশী নিংথৌগীদা লৈরম্মী। দূতনা হায়খিবা অতুম হায়না অশেম্বা য়াওরবা পাম্বোম মরি মোইবুং গদা থম্বাল চক্র পায়রম্মী। মঙাল য়াংপা কৌস্তুভ মণি, বনমালা শিরম্মী। লানফমদা শ্রীকৃষ্ণনা পৌণ্ড্রক অমদি কাশী নিংথৌ হাৎখি।

৫। দন্তবক্র :— মাগী মরূপ শিশুপাল, শাল্ব অমদি পৌণ্ড্রক হাৎখিবা অতুদা শাউরদুনা লমন থুংগে হায়দুনা [illegible] দন্তবক্রনা [illegible] গদা অমা পায়দুনা লানফমদা শ্রীকৃষ্ণবু লানবা লকখি। [illegible] অসি দন্তবক্রগী মাদগী মচানি। [illegible] কুডা দন্তবক্র হাৎখি। দন্তবক্রগা [illegible] মঙাল অমা শ্রীকৃষ্ণদা [illegible]খি।

৬। বিদূরথ :- দন্তবক্রগী [illegible]। মরাম্বা হাৎখিবা [illegible] শ্রীকৃষ্ণ [illegible] চেনশিল্লকখি। [illegible] কুণ্ডলগা [illegible]।

৭। সতী :— [illegible] অমগী [illegible]। দক্ষপ্রজাপতিগী [illegible] পানখি। মহাদেবদা [illegible] মপানা শাউদুনা [illegible] তৌবা উৎসব [illegible] বারেন [illegible]। বারেন ফংদ্রবস্থ মপাগী ময়ুমদা চৎপদি [illegible], মপুরোইবা মহাদেবনা থাম্নবা ফওবদা য়াদদুনা, [illegible] চৎখি। [illegible] বারেন ফংদনা লাকপানি হায়দুনি মপানা য়াম্না থীনা ইকাইবা পীরম্মী। সতী ইকাইবা অমসুং [illegible] প্রাণ থাখি।

৮। রুক্মী :— ভীষ্মক নিংথৌগী মচানুপা অহল। মশাগী য়াশক [illegible] ভোজকট কৌবা লৈবাক শেমগদুনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মচল ইবেম্মা রুক্মিণীগী মচা অহল প্রদ্যুম্ননা রুক্মীগী মচানুপী রুক্মবতীবু লৌখি। শ্রীকৃষ্ণগা য়েংথিনরবস্থ

মচল নূপী রুক্মিণীবু মুংশিবদগী মচানূপীবু লুহোংহনা প্রদ্যুম্নদা পীখি। রুক্মীগী মশুনূপী রোচমাবুস্থ প্রদ্যুম্নগী মচানুপা অনিরুদ্ধদা লুহোংখি। মতুগী লুহোংবদা কলিঙ্গ নিংথৌগী খুত্তিলদগী বলরামগা রুক্মীগা পাসা খেলা শান্নখি। অহানবদা বলরাম মাঙলবস্থ মমৈদদি জয় ওইখি। অতুবু মীনমতুনা রুক্মীনা মানা ঙম্মী হায়দুনা লাউখি। মতুদা শাউরবা বলরামনা য়োংশুক্লা থাদুনা রুক্মী হাৎখি।

৯। ভীষ্ম :— শান্তনু মহারাজগী মচানি। মপাগী নংবা থুংনবগীদমক নিংথৌ ওইরোই নূপী থিরোই হায়না রাশকুনা সত্যবতীবু মপাদা লুহোংহনখি। অহানবদা মহাক দেবব্রত কৌরম্মী। মমৈথংদা রাশক ঙাকপা ঙম্বা অকনবা ভীষ্ম হায়না কাওখি।

১০। উষা :— ব্রহ্মাগী বংশদা অহানবা কশ্যপ পোকখি। কশ্যপকী মচানা হিরণ্যকশিপুনি। হিরণ্যকশিপুগী মচা হরিভক্ত প্রহ্লাদ—প্রহ্লাদগী মচা বলি—বলিগী মচা অহল বানাসুরনি। বানাসুরগী রানী অহল বানাবতীগী গর্ভদা শক-চু হেন্নবী গুণ লৈরবী উষা পোকখি। কৈলাস চীংদোম্দা উষানা মহাদেবগী মনাক্তা বিদ্যা তমদুনা লৈরম্মী। পার্ব্বতীনা নোংমা উষাগী পুক্নীং চিংনবা খঙলহনা হায়খি—নঙগী নপুরোয়বা ওইগদবা অদু নঙনা নমঙদা উগনি। নঙনা মহাকপু থিকদুনা ফংজৌ। অদুন্না বিদ্যা তম্বা লোইরগা উষা মপাগী নাক্তা লৈখি। মহাকী চহি ১২ চঙলকপদা নোংমা অহিংগী মমঙদা উষানা কৃষ্ণগী মচা প্রদ্যুম্ননা পোকপা অনিরুদ্ধবু উখি। নোংঙান্নগা উষা অসি ঙাওরে। বানাসুরগী প্রধান কুম্ভাণ্ডগী মচানূপী চিত্রলেখানা তাকশিনবদগী মরম পুম্নমক খঙলে। অদুবু লুরিবা অমদি মমঙদা উরম্বা নূপা অদু কনানো, করি লৈবাক্তা লৈবনো হায়বনচিংবা অমক্তা

উষানা খঙ্লদে। খুদোংচাবা অমনা, ব্রহ্মাণী বরদগী চিত্রলেখাদি লোক্ পুম্নমক্তা, কোয়ম্ম ওন্মী, লোক পুম্নমক্তা লৈরিবা মী লাই হিংচাবা কয়াগী মশক য়েক্লনা তাকপা ওন্মী, মমিং হায়বা ওন্মী; দরকার ওইরবদি লোম্না পুরকপস্থ ওন্মী। মরম অদুনা চিত্রলেখানা লোক অহুম মরোল তরামরি, দ্বিপ তরেৎ, খণ্ড মাপল, পৃথ্বী আকাশ, সমুদ্র তরেৎ বৈকুণ্ঠনচিংবা শুনা য়েক্লে; মখংদা লাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব, কিন্নর, যক্ষ, রক্ষ, মুনি, ঋষি, নিংথৌ পুম্নমক য়েক্লনা উৎলে; মতুদস্থ উষানা পেন্দ্রে। মমৈখংদা পাখং পুম্নমক য়েক্লনা উৎলকপদা যদুবংশদা পোকপা অনিরুদ্ধগী শক্তম উকনা উষাগী নীংবা থুংখি।

---

# বনানগী মতাংদা

বনানগী মতাংদা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী Manipuri to Manipuri & English Dictionary গী মত্ অয়াম্বা লৌনবা হোৎনজৈ। অদুবু 'লীলা'গুম্বা 'রানী'গুম্বা রাহৈ খরদি হিন্দীগী বনান লৌদুনা অদুম্মক হোংদনা থমজরে।

ওইহন্নীংবা রাহৈ খরা :–

খুৎশেম, (থংলেন মাঞ্জ) পাম্মুবা, (থৌ?) মুং, খুৎয়েক, য়ুম, মরুপ, ফুদোক্লা, ফুজিনবা, খুদিং.।

ঙ্ ওইহন্নীংবা রাহৈ খরা :–

হৈরাং, হোজং, থ্বাং, পোংনা (নাপল তৌনা)।

ণ ওইহন্নীংবা খরা :– গন (তন্ত্র), মনি।

ন ওইহন্নীংবা খরা :– ভবাণী, রুক্মীণি।

অহুগা উপাইবু উপায়, শিল্লোবু শীল্লো, উষাবু উষা, ইথকপু ঈশ্বর, রুক্মিবু রুক্মী হায়না পাবিনবা নিংশিংজরি।

অহুম ওইনমক্ মথাগীশিং অসিদি ভঙাই ফদনা চুমথোক্কবা য়াদ্রবনি।

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ৫ | পূর্ণবতার | পূর্ণাবতার |
| ৮ | ১৫ | উশৈ | ঈশৈ |
| ১৪ | ১৭ | লঙ্ জখে | লঙ্ জগ্রে |
| | ২৬ | লৈহৌই | লৈহৌই |
| ২৩ | ১৭ | রুক্মি | রুক্মী |
| ২৭ | ১৮ | লুপই | লুপাই |
| ২৬ | ১ | ভাঙ্নবা | শংবানবা |
| | ১২ | মেক্রক্বী | মেক্রুক্বী |
| ২৭ | ৭ | কৌবী | কৌবা |
| ৩৯ | ৮ | হায়- | চায়- |
| | ১৫ | ভীষ্মমক্না | ভীষ্মক্না |
| | ১৯ | নঙ্ | নঙ্না |
| | ২০ | নীং | নীংবা |
| ৬০ | ১৭ | তুংইনা | তুংওইনা |
| ৬৪ | ৭ | কাদই-কাদই | কাইদ-কাইদ |
| ৮৩ | ২৩ | শূরেসেন্দি | শূরসেন্দি |